মণিপুর সরকারগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী মতেংনা কোপ্তজবা

# লোক্তাক্ ঈশায় মাপাল্

## ( A HISTORICAL AND GEOGRAPHICAL STORY )

খায়গী

ৱাংখেমচা জয়

ভভোম য়েক্

রিসার্চ স্কোলার



মমল্ লুপা ৬ঃ

থোওদোকপা :—
রাজকুমার চন্দ্র রোমিতা
লাইরিক য়েংবম লেকায় মহ্লাই লৈরক,
ইম্ফাল।



অহানবা নম্বা
লাইরিক মশীং ১০০০
জুন ১৯৭২ ইং

ফংফম :—
ইম্ফাল বুক হাউস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

মখুমগী শকতম পুথোকপীবা : মাইবম ভাস্কর
পেন্টিং এণ্ড স্কল্পচর (Sculpture)
সে ইবম লেকাই মেরি লৈরক ইম্ফাল।

Printing :— Friends' Industrial Press, Imphal.

# খুদোল তম্বা

"লোক্তাক্ ঈশায় মাপল' কৌবা লাইরিক মচা অসি ঐহাকপু পোকপীরম্বা ৺ব্রাংখেমচা অঙৌ অঙোম মেক্ পঙ্খোদা খুদোল তমজরি।

নপারী

জয়

# ৱাহৈ খরদং

"লোক্তাক ঈশায় মাপল" কৌবা লাইরিক অসিদা মীরোল কয়াগী লমমিংলোন ইত্থনা পুথোক্লবা হোৎনজবা অসি পঙলবা ঐহোন্দদি মঙলানগুম্ন পোকচখি। অতুনু শক ১৯৬১ গী জুন থাগী তা ৩ দা আইজলদগী চাপলিযা কৌবা লমকোয়বা নিপা অমনা লোক্তাক হায়বা অসি মতৌ করম্না লোক্তাক হায়না খোনখিবগে হায়বা অদু মঙোন্দা ৱারি লিননবা হায়বিরকখি। মহাক্কী ৱাহ অদু তাকরগা ঐহাক ইশানু ইশানা ইতোমতা পেঙ্গদবা অমদি ইকাইবা অমা পোকচখি মবমদি ঐহাকনু মৈতৈ মচা অমা ওইরগা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবা মমি চৎলবা অমত্তা ওাইরবা লোক্তাক অসিগী মরম খঙলুদবনা অদুবু খুমদনা য়াদবনা ঐহাক্না "মরুপ, ঐহাক্কি মসিগী মরমদা খোইদোকপা খঙদ্রে অদুগা কনাগুম্না অহল-লমন অমদি অথং-অহৈশিংদা লৈবা অরিবা লাইরিক্কুদি লৈবনগনি" অম্মুন্না পাউথুন পিজখি। মতুংদগী খৃঃ ১৯৬৪ গী মার্চ থাগী তাং ২১ দা "থাংজিং চাংগোইলোন" কৌবা মৈতৈ ময়েক্তা ইবম্বা অরিবা লাইরিক অমা থেংনজবদগী "লোক্তাক ঈশায় মাপল" হায়বা লাইরিক মচা অসি ইথোকচবা ঙমজখি। মণিপুর শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং খর পীবীতুনা লাইরিক মচা অসিবু ফোংদোকপা ঙমহনবীখি, মসিগীদমক্তা শিক্ষা বিভাগপুম্বু ঐনা হন্না হন্না থাগৎচ'ব। লাইরিক অসিগী মঙ্গুংদা অশোয় অরান কয়ামকুম য়াওরমলবম্বু মথংগী থুংনমদা শেমদোক্লবা হোনজগনি।

অদুগা মঙ-হাগুম লৈরম্বা ঐবু অথোইবা লমজিং পীবিতুনা মশক্ থোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া থাংবিখিবা মথাদা উংচরিবা পণ্ডিতশিং পুম্নমক্কী মফমদম্বু নোল্লুক্তা তৌবীমল খঙবা উচ্চারি।

১। শ্রীযুক্ত নিংথৌজম অমুজাও মেমভর মোইরাং।
লমমিৎ লোন তাকপিরকপা চহি ৯২ শুরবা মীওইনি।
তাং ১১।২।৬৮ ইং।

২। শ্রীযুক্ত ইরোম অমুবী পণ্ডিত খাগেমপল্লি ইম্ফাল।
থাংজিং চীঙগোই পিবীরকপা চহি ৭৪ শুরবা মীওনি।
তাং ৮।১।৬৮ ইং

৩। শ্রীযুক্ত লাইশ্রম তোননা সিং মোইরাং।

লোক্তাক্ ঈশায মাপল্গী মরমদা অকুপপা রারি কয়ামরুম তাকপিরকপা, চহি ৭২ শুরবা মীওইনি।

৪। শ্রীযুক্ত ফৈরেমবম লৈবেনতোন সিং চহি ৫৯ শুরবা মীওইনি। ৫। শ্রীযুক্ত মাইরেমবম ইবোমচা সিং চহি ৪৬ শুরবা মীওইনি।

মোইরাংগী ইয়ামবা অনিনা মমল য়ামথরবা লোক্তাক ইশায় মাপল্গী মফম খুদিংবু শিল-থুংনা ঈলেপ্ লোবীখিবা লোক্তাক ঈশায় মাপল্ অসিগী মমুংদা লৈবা লমমিৎলোন কুপ্না খঙলবা মমল য়ামথরবা মীওইনি।

৬। শ্রীযুক্ত লাইশ্রম ইবোমচা সিং চহি ৪৭ শুরবা মীওইনি, মোইরাং পাংতৌ লমচিংবীবা।

৭। শ্রীযুক্ত কুমাম্ মোধু সিং চহি ৩৮ শুরবা মীওইনি।

মোইরাং কুমাম্ লৈকাই। মমল য়ামলবা রারি কয়ামরুম তাকপিরকই।

৮। শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম নোদিয়া সিং চহি ২০ শুরবা মীওইনি লমচিংবীরকপা মোইরাংথেম লৈকাই।

# লোক্তাক ঈশায় মাপল্‌গী মরমদা পণ্ডিত শিংনা পীবিরক্‌পা অভিমত খরা ঃ—

লোক্তাক্কী মরমদা ইরিবা লাইরিক অসি থাইনগী ওইবা অরিবা লোলনা ইরম্বা লাইরিক্কুগী হৌজিক্কী মতমগী চৎনবা লোন্দা ইথোক্লকলিবা অসি য়াম্না কুপ্না পারে অদুবু অরিবা লোন্দা লমমিং লোন ওয়না ইরম্বা লাইরিকশিং পাবদসু য়াম্না থুদোং চাবা লাইরিক অমা ওইগনি হায়নানিংই। অসিগুম্বা লাইরিক অসি শ্কোংদোকপনা তুংগী থোইদোক্না কান্নবা ওইগনি হায়না নিংই। অইবা লেখকপু থাগৎতবা ওমদে ইতি।

তাং ২৬।৭।৭০ ইং
শ্রীঅমুরাইম সিংহ
সিনিয়ার পণ্ডিত অচৌবা সনা কোম্নুং।

লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্ কৌবা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাক্লরগা ~~অমসুং শিংথানবা~~ অমদি লেমজনিংঙাই ওইবা লাইরিক্কি, থুপতুনা লৈরম্বা পুন্নাশিংদগী লোথোক্লুনা খ্বাই-পুন্নমক্ খংননবা লমমিংনচিংবা অসিবু হৌজিক্কী নাহারোলশিংনা খংজিনবদা য়াম্না কান্নবা মচাক অমা ওইগনি। মৈতৈ ময়েক্কী মীগী ময়েকতা মীপুম থুদিংমক্না খঙননবা মতম চঙনা ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা ইবিরিবা লেখক্‌পু ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি ইতি

সহিত্য পরিসড
শ্রীচাওবি সিংহ পণ্ডিত,
পণ্ডিত লোয়শং সনা কোম্নুং।
তাং ১৮।৭।৭০ ইং

লোক্তাক ঈশার মাপল্ কোবা লাইরিক অসি পাবদা ওন্থোক্লা পুক্লিং মুংশিবা অমা পোকই। নৌনা থিগৎপিরকলীবা নহারোল-শিংনা অসিগুম্বা লমমিং মিংলেন ওরবা লাইরিক অসিনা থিজিল চুমশিন্দুনা পুথোক্লবা হোৎনরকপা অসিগীদমকতা থাগৎনিংঙাই ওইবা অমনি লাইরিক অসি পাবদা ওন্থোক্লা কান্নবা মচাক অমা ওইনা নৌনা হোৌগৎলকলিবা কয়াগী রাখলগী তেংবাং লাইরিক অমা ওয়গনি হায়না নিংই। মৈতৈ ময়েক্লা ইতুনা লৈরম্বা লাইরিক কয়া মরুমবু পানরুদবদগী থুপ্না লৈরম্বা লমগী মমিংন চংবাগ মচাক থংবদা কন্নরবা অসিগুম্বা লাইরিক অসি মতুংদসু কয়ামরুম ইবিরকথিগনি হায়না নিংজৈ অইবগী কলম অসি লেপ্তুন মথং মথং ইহনবিনবা তাইবং পানবগি মপু ওয়রিবা চীওঙ মাগী খুয়াদা লেথকী য়াইফ থোৌরাঙ হন্না হন্না নিজরি।

ইতি তাং ২০।৭।৭০ ইং
শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত
পণ্ডিত লোয়শং সনা কোন্নুং



ৱাংখেম জয়-না ইবা লোক্তাক ইসাই মাপল হাইবা লাইরিক অসি পাবদা থংহোদনা পুক্নিংদা মুংণ্ডাইবা অমা ফাওবগা লোইননা মীতৈগী মাংলুরবা "লোইনা সিল্লোন" (সাহিত্য) গী লৈকোন্দা অনৌবা লৈকাদা লৈছন তমলক্লে, হাইনা লৌজ। অসিগী মথক্তা মীতৈ ইপা-ইপুনা হাইনরম্বা "কৌরুনা লেনফুনি কংলানা খোইদৌনি লোক্তাক সনা তেংকোংনি ইরিন নমবুল অনিনা নাক্তা য়েংবা চেনবনি অচৌবদি তুরেন্না ময়াইদবু চেন্দুনা ইথাইদবু তিন্দুনা লাইগী সকতম ওইখরে লেপ্পা লাইবু ওইখরে" হায়রবনচিংবা য়াংলবা য়াকম কয়াবু নিংশিংজরুই। লাইরিক অসিদা, অরিবা লাইরিক্তগী লৌ-থোকপা হৌজিককী মীওইনা থিবদা য়ারগদৌবা "লমমিৎলোন" খংবদা কনরবা মমিং কয়া-কয়া য়াওরি মসিনা ইপা ইমাগী খোংঙুল লিবদা য়াম্না মতেং ওইরবা লাইরিকনি। নোম্বা কনবা মরৈপাক মজাতি মুংশিবা নহারোন কয়ানা অসিগুম্বা লাইরিক কম্না ফোংদোকলপ ওমহল্লকপগীদমক্তা তাইবং মপুগী থৌজাল পিবিনবা নিজরি॥

L. Manaobi
Minister of State ( Transport ) Imphal.
Date 17-7-72

কংলৈপাক্কী লমমিংলোন তাকপা লাইরিক মশিং য়ামদ্রি। অসাম নত্রগা নোংপোক ভারতকী মমুংদা থ্বাইদগী চাওরবা পাং লোক্তাক্কী মরমদা খঙবীবা ইরৈপাক মচাগী মশিঙশু তাঙনা থোক্লী। ব্রাংখেমচা জয়, অঙোম য়েক্লা, ইবা "লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্" লোক্তাক্কী হৌরককম নৈনয়া অথন্নবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসি ইরৈপাক মচাশিংনা পাবিবদা য়াম্না কান্নগনি। লোক্তাক্কী মরমদা ইবা লাইরিক লৈরমদবগী অরাংপা অদু জয়গী লাইরিক অসিনা খরতা ওইরবসু কোকহনবা ঙম্লগনী থম্লুবদা য়াম্না সুংঙাই। হোংনবা কল্লবা ব্রাংখেমচা জয়বু থাগৎতবা ওমদে। মহাক্কী থোর্জ্জিনগী মৈত্রবাক্কী কান্নরবা লাইরিক কয়া থোকখে মতুংদশু থোক্লককখিগনী হায়না অশা তৌরি॥

Dr:—L. Chandramani.
Speaker, Manipur Legislative Assembli,
Imphal.
Date 17-7-72

"লোক্তাক ঈশায় মাপল" হায়বা লাইরিক অসি পারুরগা য়াম্না নুংঙাইজবা পোকই। লাইরিক অসিনা লোক্তাক পাৎনা মণিপুরদা খ্বাইদগী চাওবা পাৎ ওইনা নণিপুরীশিংগী হিংনবা লন্বীদা চাওরবা মতেং পীরিবা অমসুং মনিপুর ইতিহাসদা প্যাৎ অসিগী মক ওইবা হীরম কয়ামরুমসু নিংথিনা উৎলি। তশেংনমক লাই-বিক অসি নৌনা হৌরক্লিবা মণিপুরগী নহারোলশিংনা পাবদা য়াম্না কান্নরবা লাইরিকনি। লাইরিক অসি ইবিহুনা ময়ামদা পুক্লিং লৌশিং পীবিরিবা অইবা লেখক্পু থাগৎচরি।

Hemam Nilamani Singh
Deputy Minister ( Edn )
Government of Manipur.

Date 20-7-72

শ্রীমান খাংখেমচা জয়না ইবা লোক্তাক ঈশায় মাপল হায়বা লাইরিক মচাসি পাজরে। মাসি, চুম্না পাবদা নুংঙাইবত্তা নত্তনা মণিপুরী ঐখোয়গী লেমজনকম ওইবা লোক্তাক পাৎকী মরমদা মৈতৈ মচা অমা ওইনা খঙজবা য়াত্রবা লমিৎ-তুমিৎ ইবা লাইরিক্লি। মাসিগী মমাঙদা ইনাও অসিনা ইবা লাইরিক অনিসু "মেনক্লিপ" ওইরিবৈদা পাবগী থুদোংচাবা ফংখি। লেখক অসিগী হোৎনবা কনবা অসি থাংগৎনিঙাইনি। মতুংদা লেখক্লা অতৈ লাইরিক খরগমু পুথোরক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈ অসি হেন্জৎহনবা ঙম্নবা ঐনা ঈশ্বরগী চরন্দা থুরমজরি।

Shri Yaima Ray
Head Master, Lamlong High School
Imphal, Manipur

Date 23-7-72

হীরম — লাতম মশিং = লম্বায়

হীরম লাতম মশিং = লম্মায়

# লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্

:(O):

ওঁ (=অঙ্গি) সৌ কংলৈ লৈকোয়নুঙ্দা! থাংজিং কোয়রেল্ লাইয়িংথৌ মিংলেনবু চানোং নিংথৌ তরেংবা কোয়্রেয় মিংহুনবদি থাংজিং কোয়রেল লাইনা চীঙক্ খোইয়ুম লাইফাংথৌ অংথাইবা মাপল্-মগ; শরোই হুম্ফু-মাথোই খোইমোম লাই নূরাদি খোইনৌ মতারোই তরেং। খোইয়ুম লাই পাখং তরেং; নূরা লমলৈমদি তরে-মগ; তুরৈমা মাপল্ অসিগ খোইয়ুম লাইয়ামশিংগ লেয়নননা খোয়্যুম লাইরুপ্ লেংনা তিন্দুনা চীঙ্লোল্ চীঙশাং নাপোম তরেং ফাংব লাইজ ঈয়োক্ কোম নীপাল লৈই; চীঙ্লেন অসিবু লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লেংদবা খুবমনি। খোইয়ুম মাগী কোলোয় মিংলেল্দগী লৌহুনা থাংজিং চীঙজাও হায়না পোৎইরৈ চানা তেংথানৈ।

মহৌশাদগী খুদমগা লোইননা লৈজররুবা, হৌজিকমকসু চীঙ্দোল অমদা সনা সঙ্গাই লৈএ। চীঙদোল অমদনা সনা তাংবল লৈএ; মফমশিং অসি চীঙঙু খোইয়ুম লাইশিংগী রায়েল শীলথা তৌনবা মফমনি। অদুবু চহি চা কয়া-কয়াগী মমাংদা চীঙ অসিদা

চা কৌবা মীশা চাব নিংথৌ তমথীরবা অমা লৈরম্মী। নমু তাইবঙ্ পানব অসিদা মীশা চাব নিংথৌ অসিগী শামান্নব-লেংমান্নবা তাইবং খোইয়ুম কনাবু লৈতেয়ে। খোইয়ুম লাইরুপ্ লেল্ পূন্নমক্লা মীশা চাব মাগী মমাংদা কনাগুম্বা অমত্তা মায়োক য়াননা খাংবা শক্ ঙমলমদে, খোইয়ুম মাইকৈ ঙাক্প লাইশিংগ লোইননা লাই পূন্নমক ভুপ্পা মীশা চাবগা অকল্ব হুয়েল্ লাল্ থেংনখিয়ে; ঈঙাং-পাকতক্লা ঈমু-পামফেন্নরে। মতম অদুদা চা কৌবা মীশা চাব নিংথৌবু ঙমবীনবা কনা লৈতরে। খোইয়ুম লাইয়াম্না মীশা চাব মহাক্কী য়াইরা শাথেংনবা হুয়েল লালথেংনবা লাম্মীশিংবু (খোঙমী) মশিং লাকঙমদনা হাংলি; অদুবু মহাক্কী লাম্মীশিং অদো অয়াংপ শক লৈরমদে; কুমশিং লাক্ক অমা (=লখা) চুপ্পা লানথেংববু খোইয়ুম লাইশিংনসু ঙমদরে, মীশাচাবশিংনসু ঙমদরে। লানফম অদুদা উপাল্ য়াপাল্ মপাল্-মরা তাবা হৌবা ঙমদরে! অচৎপা চত্তুবা মথরাই পানবা পূন্নমক লৈবঙমদরে, খোইয়ুম লাইয়ামগ মীশা চাবশিংগা মখোয়গী লাল্ শোক্লফমদা হেক লৈরিবা উপাল অমদি থৌদু মুঙ্পাক অসিনচিংবা মসেম লৈতঙ্গাই ফংলে, অপাই অপাইবা পোৎ অহনা লম্শিন্নরবদা খোইয়ুম লাইশিংগ মীশা চাব কাংবু অনিগী অকিবগী মশক্ ওইরবা লালফম অসিদ লৈরিব লমদন অদুগী লৈপাক্ (=লৈবাক) পূন্নমক কুংথনা লেপ পা ফাওব য়াখিদরে। মফম অসিদদা নত্তনা মালেন অপুম্বা মাংব তারে হায়ঙনা খোইয়ুম লাইয়াম লাই পূন্নমক্লা য়া খন্নরে; "চা কৌব মীশা চাব" অসিনা চহি কুমজা কয়া কয়াদি অতৎ অথম্ লৈতনা

চুয়েল্ লাল্ হৌজিল্লক্লে। খোইয়ুম লাই ঐ:খোয় পূন্নমক্কী ইথক্তা চুইয়েল্ লাল্ তারকপ অসিনা, চা কোব মীশা চাব অসিবু হাত্তবা য়াদরে হায়নখোইযুম লাইয়াম রা তানহুনা রারেপ্ নরবদা। মতম অতুমক্তদা চীওঙ্ শয়োং লাইয়িংথো হায়বা খোইয়ুম লাই অসিনা চীওঙ্ মানা নোংদয়ক্লে, "ঐ য়েংগে" হায়রহুনা মহাক্কী রাই মঙা চাউরব খোইয়ুম লাইগী মথুংগু ওইরবা নোংমৈ অমনা মীশা-চাবগী কাংলুপতা কাপ্ খিয়ে। মতম অতুদা মালেম লৈপাক অসি থক্-থক্ নিকখিরমই, মতুমক্তসু মীশাচাবশিং অতুবু অমত্তসু হাংপা (=শিবা) থক ঙমদরে। খোইয়ুম লাইয়াম পূন্নমক্কী মথুংগু তীমেল তা, থুংলাইশিং অসি পাইহুনা চুয়েল্ লান্দারবদ মালেম লৈপাক্ অসি মাংন তাক্লবা অমা ওইনরে। মীশা চাবগী কাংলুপ্তা করিসু তৌব ঙমখিদরে, চা হায়বা মীশা চাব অসি হাংপ ঙমদরে। মতম অতুদা লাইয়িংথৌ কোইরেং খোইয়ুম লাই মহাক্কী মখাদা লৈবা খোইয়ুম লাই-শরোই চুম্ফু মাখোইগ, লাই নূরা তরেং লাই পাখং কয়ামরুমসু মীশা চাবগী লাল্ফমদা অরাফম তারব অতুদা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ থাংজিংনা উরুরগ মনায়শিংগী (=মদাইরেম) অরাবা খিবীকপু কোকপীরগে হায়না রাখল্লহুনা লাইয়িংথৌ থাংজিং খোইয়ুম লাই মহাক্কী পীবুক্নুংদা থান্বী মৈরি অতুনা 'চা' কৌবা মীশা চাবা অসিবু অশাউবগী মৈরিনা চাকথেক্তুনা মাগী য়াইবী মথরাই মুথং-লগে হায়ড়না চীওঙ্ লাইয়িংথৌ থাংজিং * কোইরেংনা তীমেল্ তা

* কোইরেংনা = হায়বদি হৌজিক্তা (=চক্র হায়বনি) কোইরেং হায়রিবা থুংলাই অসি লাইনিংথৌ থাংজিং লাই মখাদগী পুখোকপনি।

মখুৎশু ওইনা পায়রুনা চা কৌবা মীশাচাব নিংথৌবু য়াইবী-মথরাই হেক্ মুথৎলবদা। মীশাচাবগী নিংথৌনা শিববদা মীশাচাবগী লাল্মীশিং কাংলুপ অপুম্বা অমু কায়রুনা মাইকৈ শালাই থংদনা কোয়চেন চেল্নলে। খোইয়ুম লাইয়ামগা মীশাচাবশিংগা হুয়েল্ লাল্ থেংনফম অমুদা খোইয়ুম লাইয়ামগী মমাংদা মীশাচাবশিং অমু থাংবা ওমদরুনা লৈকুং-লৈরাই নারক্-মোংশোংদা নাথুক্তুনা লোৎ-তুনা লৈখিয়ে। লোত্তুনা লৈরিবা মীশাচাবশিংবুস্ন খোইযুম লাই মখেনা কোইথী থীরতুনা ফা-ফারতুনা হাৎপা হৌজিল্লক্লে, মীচাব-শিংনা লোৎল'ম্লবা মফম'দ খোইয়ুম লাইয়ামগা মীশাচাবশিংগা হুয়েল লাল থেংনখিবগী উ-রা অমম্মা তৌদরবা মালেম লৈপাক ফাওব: ফুকতোক্তুনা লংথোক্লখিবগী মফম কুংথতুনা লৈরিবা মফম অমুদা লোৎলম্মী। খোইয়ুম লাইশিংনা, লোত্তুনা লৈজরম্বা মীশাচাবশিংবু মফম অমুদগী চিংথোক-চিংথোকতুনা ফাদুনা অমত্তা থাক্তুনা তক্লা হাৎখিরমই হায়রগী কোলোই মি.লেল্ লৌতুনা মফম অমুবু "লোক্তাক্" হায়না কৌনখি। হৌজিক্ফাওবা পোইরৈ চাদোল্ নৌতানা লোক্তাক্ হায়না খ নলি।

মীশাচাবনা লালদা মায়থারবা মতুংদা মখোয়গী কাংলুপ কনা লৈতরবদা, চীঙঙু খোইয়ুম লাই পূন্নমক্লা লাইয়িংথৌ থাংজিংবু লৈশী লৈথোনখি। চীঙ্ মথক্তা লাইয়িংথৌনা কাথত্তুনা লেপপা মফম অমুবু থাংজিংগী থুভম ওইখিরমই, খোইয়ুম লাইশিংনা পুক্লংবু ঈনৌ-নৌনা মপোক অমগুমনা লৈশি লৈথোনখিবা মফম অমুবু লমলেন "শঙ্গুলৈ পোকৃপী" হায়না কোলোই মিহুল তমলে,

কোরৌ মুমিং অত্নদগী কৌখি:য়। খোইযুম লাইয়িংথো থাংজিং লাইনা লাল্মদা শিখিবা মীশাচাব অশিবা হকচাং মযাম অত্নগী ঈভাং পাকত্তক্লা ঈমু পাম্ফেননরবা পুন্নমক অত্তবু তশেং-তশেংনা শেংদোক্লিংবত্নুনা, লাইয়িংথৌ থাংজিংনা মাগী মখুৎশু খুৎলায অত্নুনা লোইবী চাঁওমাইদা য়ানশিল্লে। খুদক্ অত্নদা লোইবী চাঁও্মাইদা যানশিল্লে। খুদক্ অত্নুদা ঈয়োকনুংদগী (= পুখ্রি) লাইজ ঈবৈম্মা কৌবী খোইমোম লাইরেম্বীনা লাইজ ঈশিংগ লোইননা ফাওবক্লে। শহ চং ঢকম নিংথিববী ঈরৈম্মান, চাঁওদু লাইনিংথো থাংজিং খোইযুম মাগী মমুক্লা (= মকাইক্নমদা) চংলক্নুনা বা হায়ক্তবকাক্লে। "হে-খোইযুম লাইয়িংথৌ অথোইবা চাঁওও নত্তনা নোংদম্বীযু, কবি বাবম হায়বগদবনো? ননাইদা তাক্পীয়ো লাইয়িংপৌও! খোইযুম থাংজিং লাইনা ঈরৈম্মা ঈবেম্মা নহাকনা মীশাচাবগী মথক্লাই যাওদববা হকচাং পোলাং (= অশিবা হক্চাংবু) মযাম অশিবু শেংদোকপীযো, "হে-নমু তাইবং পোকপী পাল্লম পোক্মাবী মমাও!" খোইযুম লাইয়িং-থৌনা বাহৈ অসুম্না হাযরক্লবদা ঈবৈম্মনা লাইজ ঈশিং ঈখায় ঈথিন নাইনা ঈপোমগা লোইননা ঈহৌরক্লুনা লাল্মদা শিখিবা খৈইবীক (= খিবীক) অত্নবু তাউথোক্লুনা লোইবী চাঁও অনিগী কারক্লা ফাওত্নুনা পুথাখিয়ে (= চাঁও অনিগী কারক চাঁওনুং হুত্তা থাদখি) মফম অত্তবু হৌজিক্কী মতমদা চাওনুংহুত্ত হাযনা পোইরৈ চাদোল নৌতনা শৈশকনৈরে মীশাচাব অশিবা মশা অৎবু ঈরৈম্মনা চাঁওনুং হুত্তা হুম্থাখিবমই। চাঁওদু থাংজিং

লাইয়্রিংথৌ খোইয়ুম মাগী মখুৎশু খুৎলাইনা য়ালথিবা মফম লাইজ ঈশিং থোক্লিবা ঈয়োক্-কোম অসিদি লাইয়িংথৌ থাংজিংগী সনা শঙ্গাইগী মনাক্তা লৈরিব (পুখ্রি) অতুনি] পুখ্রি অতুগী মচিন্দী মোইবুং মচিনগুমই অতুদগী চেম্বারক্পা লাইজ ঈশিংনা মোইরাং তুরেলগী মরুনি)

থাংজিং চীঙ্জাও অসি লৈশেমচৈদগী হৌরনা হৌজিকমকপু থাংজিং চীঙ্জাও হায়না অদুম খংনরি। অতোপ্পা মমিং অমা ইরম্বা লাইরিক্তা থেংনক্লা-..."থাংজিং চীঙ্গোইরোল" কৌবা পুয়াদগী লোক্তাক ...বগী রাফম অসিমসু অসুম্না থেংনৈ। লোক্তক কৌবগী রারী মচা অসি থাংজিং চীঙ্গোইরোল্ পুয়াদগী লৌথোকপনি রারি মচা অসিনা অচুবমকনি হায়না ইজবনি। অসিগুম্বা অরিবা "ময়েক্তী" লাইরিকতা লোক্তাক কৌবগী মমিং অনি থোকনা রারি মথং-মনাও নাইনা থেংনৈ। মথকত্তা পনজিবা রারি অসিনা অহানবনি রাফম অমনা মথাদা য়ে বিয়ু।)

# রারম অমনা

কংলৈ মপুঙ্গ্লাইদা ( = থক্ কংলাদা, য়ুম্ফালদা ) মৈদিংগু নোংদা লাইরেল পাখংবনা অহানবা নিংথৌ ওইবা মতমদা, খাবা মুংজেংবগা হুয়েল্ লাল্ শোক্লবদা খাবা মুজেবগী মমাদা নোংদা লাইরেল পাখংবা মাদি খাংব য়াম্রঠনা *তাওরোইনাইগী

* তাওরোইনাইগী :—তুবী, লাইরেল মতোক মচি পানবা লাই মথল অমনি।

চীরেল মথক্তা তোংত্তুনা ✽লোইরেল সনা পূ:দা যাঙ্গাবকচুনা পাখংবনা খোইয়ুম থাংজিং লাইবু উননিরত্তুনা লাকপ অসিদা লাইয়িংথৌ থাংজিংনা খঙলত্তুনা পাখংবা মাবু মতম খর লক্করগে খন্দুনা লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইদা খোইয়ুম থাংজি মানা লোত্তুনা লেপ্থা-ক্লে। লাইয়িংথৌ নোংদা লাইরে পাখংবা অসিবু, খোইয়ুম লাইগু ওইবা, নমু তাইবং (= তাইবং) মীসু ওইবনি, পাখংবনা লাই-য়িংথৌ থাংজিংবু কোইনা থিবা হেক্ মথংত্রবদা পাখংবনা খোই-য়ুম লাই থাংজিংবু মফম কদাইদা চংখ্রবনো হায়রত্তুনা মথরাই রারত্তুনা লৈরিঙৈদা, খোইয়ুম লাই পূন্নমক্তা পাখংবগী অরাবা মতো অদো য়েংবা ঙমত্রত্তুনা খোইয়ুম লাইশিংনা অসুমনদি পাউদম্বীরে, "হে-পাখংবা !" লাইয়িংথৌ থাংজিংদি তু-য়েংউ মায়কৈ অশোমদা লাইজ ঈপাক ঈয়াইদা লোত্তুনা লৈরে হায়না তাক্পীরে। খোইয়ুম লাইশিং অদুনা লাইয়িংথৌ থাংজিংনা লাইজ ঈপাক ঈয়াইদা লোল্না থুপ্না নাথৈত্তুনা লৈববু পাখংবদা তাক্থোক্লে, থৌদোক অদুদগী লাইয়িংথৌ থাংজিংনা লোৎলম্ববু খোইয়ুম লাইয়াম্না লাইয়িংথৌ থাংথিংবু পাখংবদা তাকথোক্লে। চীঙত্ থাংজিং লাইনা লোংলম্বা মফম অদুবু "লোক্তাক" হায়না কৌখিরে। পাখংবনা লাইয়িংথৌ-ও ! ঐনা অসুক্ য়াম্না রারবা মতম অসিদা করিগীদমক লোৎপিরিবনো ?" "হে চীঙত্ লাইয়িংথৌ।" পাখংবা ঐদি তাংজা ঈমই ঈকারববু ফংলে ; খাবা সুংজেংবগী মমাংদা খাংবা য়াত্রত্তুনা "হে-থাংজিং কোইরেং লাইয়িংথৌ-ও!" নহাক্তী

✽লোইরেল সনা পূ:—মোহরাংবু কোই, (=মুলাং)

নফমদা ঐহক্না লাক্লিবনি চৌঙঙু নহাক্ নঙ্গবদি ঐদি পোইরৈ কংলৈ মপুংয়াইদা মুংঙাই মপুং তানফনা ঈনিংতৌনা পানবা ঙমলোইদৌরে।" অসুম হায়রবদা লাইনিংথৌ থাংজিংনা ব্রা হায়রক্লে ; "হে-মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল্ পাখংবা" কোরৌ শিংবুম খরদং ঙাইখো , খাবগী মতম খরা ব্রাংলি, নহাক লোইরেল সনা পুং আসদা নিংথৌ ওইহৎনা মতম খরা পানখো। ঐনা নমু তাইবঙ্ মওইনা লাংওল্লগা খবা তাম্থোকশি হায়না লাইয়িংথৌ থা জিংনা ব্রা হায়রক্লে। পাখংবা মাসু "হোয়-য়ারে!" মতম খরা লৈরগা লোইরেল সনা পুংদা লাইয়িংথৌ থাংজিংনা "শাবোন শানৌবা কৌনা" মোইরাংদা লাংওলক্লে; শাবোন শানৌবা অসিনা শাম্বা পাঙ্গাল মপুংফা, পাখং শারেপ তালকলবদা খাবগা লমবা য়ারবা মতমদা পাখংবসু মপারি অনি শাংল্লে মচা নিপা অনি ফুইরে (= পোক্লে) লপারি হান্না শাংপা অহলগী মমিংনা "মুংয়াং চাউবা" অদুগা মশানৌ তোনগী কোলোয় মীংলেন্না "তাকরুম্বীবা" কৌরে। মপারী অনি অসিবু কেগে মোইরাংদা পাখং মপুং রায়-রায় ফারক্লে, মপারী মচা অনিবু মোইরাংদা থমলমলে ; মপারা অহল মুঙয়াং চাউবদা নিংথৌ খুবম শিন্নবীরে।

কংলা সনা মপুংয়াইদা (= থক কংলাদা, 'ঘুমহাল' য়ুম্ফালদা খোইয়ু পাখং তরেং, নূরা লাই তরেংপু, মীরুপ খোইয়ুম লাইরুপ পুন্নমক্ লীলোন ঈশৈ নুংশিবাবু শৈশক্তু, তাউরোই নাইগী চীরেলথক্তা তোংহনা খোংকারক্লে। পাখংবগা খোইমোম লাই সনাগা (= মুপী) অনিমকপু কিগনি হায়বগী খোইয়ুম

লাইমিংথৌ থাংজিং কোইরেন্ লাইনা লাংওল্লিবা মেলৈবা কৌবনা লৌরী থম্মোয় তেঙ্গা থোংরদুনা থৌগল্লক্লে। মতৌ অমুম্না খুনগারকপা অসিদা পোইরৈ সনা কংলাদ (= য়ুম্ফাল কোন্নুংদা) থুংলরে। মতম অদুদা কোন্নুংদা লালশঙ-শঙ্লানচান কৌবা শঙ অমা লৈ। মফম অদুদা থুংলরে। (= হৌজিক হায়রিবা শঙ্ অসি মতম অদুগী শা লালগী পাউ নিংথোদা পিকল্লি ) মফম অদুদা লাই সনাগা পাখংবগা অনিমক লৈবে। খাবা মুং-জেংবদা লালগা পাউপিরে। লালবাও ফংলবদা কংলা য়াইবুঙ্ থিংদুনা খাবা নিংথৌগী লান্মী পুন্নমক লালগী য়াইবুং খোঞ্জেল হেক তারবা মফম থুদিংদগী মাগী মাগী মথুংশু তিমেল্ তা লিরুং তেন পায়দুনা কংলা তান্না চেনখংলক্লুনা খাবা মুংজেংবা নিংথৌগী সনা কোন্নুংদ লান্মীশিং অদুনা পুমনিল নিনখিয়ে, লৈপাক মীয়ামদা নিংথৌনা সনা য়াথংদি রা হায়রক্লে। "খাবা নিংথৌ ঐগী ঈথক্তা, লৈপাক মীয়ামগী মথক্তা ওং-নৈবা লাক্লিব। পাখবা মানা হুয়েল লাল হৌরক্লে হায়না পাওদমলবদা।" য়াফন অসি লৈপাক মীয়ান্না শারা যননা তারবদা, খাবা মুং-জেংবনা অশাউবনা মাংওইনহুনা খাম্বী মৈণা অকম্বগুন্না লৈপাক মীয়ামগা লোইননা মাগী মাগী মতিক চাবা খুৎলাই পাইদুনা হুয়েল্ লাংগোই চন্দুনা, ইকোয় কোইশিললগা হাৎলো হাৎলো হায়বা খোঞ্জেলনা কোরৌ নোংনা থাক লাওবগুম লাও খোংদুনা মাইকৈ মরিমক্তগী চেনশিল্লকলবদা চাওবা মেলৈ শানোবনা লৌরি তেঙ্গা থোংদুনা তেনকাপ অমুক্তদা খাবা মুংজেংবগী তাংজা লুরেলবু

কক্থত্তুনা কোক্লেম্ন ভদু লৈমাইথক্তা থাদখিয়ে। খাবা মু'জেংবা নিংথৌনা য়াইবী থরাই মাংরদুনা হেক শিরবদা মহাক্কী লাম্মী মীয়ামশীং অদু শমজি খাইনদুনা মাইকৈ মরিমক্তা কায়দুনা চেনখ্রে। নিংভাই চাওবা কাংবুশিং অদুবু তুম্না হাৎলে, কাংবু থরদি লাই-য়ি'থৌ পাখংবদা চংজরে "হে-লাইয়িংথৌ পাখংবা খোইয়ুম-ও!" তাইবং পান্বগী মপুনা মতম মতমগী লাংওল্লিবা ইবুঙঙো নহাক্কী লমচৎপু মীরম্বা কনানা খঙবা ঙমদ্রবা "হে-ইবুংঙো! ঐখোয়বু তয়ুম ননাই ওইবীও; হায়না হন্না-হন্না নশায় কোনদা চংজরিয়ে।" লালফমদা মাইথীবা ফংলবা লাম্মীশিং অত্তুনা খুরুমজরত্তুনা কংলা ফাংখোং চংজরবদা লাইয়িংথৌ পাখংবনা য়াইবী মথরাই কনবীরে, মখোয় পূম্নমক্। কোরৌ মুমিৎ অত্তুদগী মৈদিংঙু নিংথৌ পাখংবনা থক্ কংলৈ মপুং য়াইদা রাতেমত্তুনা নি'থৌ ওইত্তুনা পানখি। খোইয়ুম থাংজিংনা থৌবৈ তে বাংবী-রত্তুনা পাখংবনা মৈতৈ পোইবৈ সনা লৈপাক্কী অথোইবা নিংথৌ খুভম্বু হনজিলখি।

কেগে মোইরাংদা পাখংবনা থনম্বা মপারী অনি অত্তগী মরক্তগী মু'য়াং চাওরনা নিংথৌ ওইরে মশানৌতোনগা লোইননা নিংথিজরবা তাউজিং হৈকোল্-লৈকোল্ মপু'ফানা নিংথিজরবা মফম অমা শেমলে। তাউজিং হৈগী মখল্ শুনা হৈপাল্ অচৌবগী মখল্না পরেং অমা শাঙংলল্ লৈখল মশিং শুনা অচৌবা পাম্বীনা পরেং অমা, অপিক্পনা পরেং অমা মখল্-মখা মাম্নরবা মখলনা পরেং অমা পরেং চানা-চানা মাগী মাগী কাংলুপ মপুং ফানা

হৌই ল্লি। লম্বী খোংগী মতাইদা হৌবা উপাম্বী মখৈগী মথক্তা হৌবা শীঙভেল্ লৈরাং কয়া কয়াগী মখলসিং অদুনা মকা ফন্না লৈশাং তমলি মপুংফানা। মরিচংপা শীঙভেল্ উরিগী লৈরাং মখল কয়ামরুম্না পামেল্ উপাম্বীশিংদা মনিং মখা তমজনা অঙৌবা অঙাংবা অশংবা মেমালবা উরেং লৈচু মখল মখা লৈশাং তমনা য়েংচরি।" লৈপাক্তা শাংপা শীঙভেল্ লৈরাং খিবীক্লা লিকলাং পরেংগুম্না নীংখিজহল্লি, লাইজ ঈশিংদা শাংপা শীঙভেল লৈরাং থারো থম্বালগী মখল অয়াম্বা শীঙভেল্ লৈরাংতনা লাইজ ঈপাক থক্তা লৈখল লৈচু পোমশাংনরবী মপুং ফরবা কয়ামরুম্না লৈশাং তমনা লৈতনা নিংখিজরবা অমা ওইহল্লি। শীঙভেল্ লৈনম কন্নানা মালং ঈচিক্ হুম্রকপদা খোইয়ুম লাই অমদি নমু তাইবং কয়াবু লৈনমতনা পুক্নিং ঈনৌত্তা নৌনা খোইরাংহনখি! মকম অদুবু নিংথৌ মুংয়াংচাওবনা মীরম্বা কনা চংহন্দনা চেকশলনা থমখিরমই।

# অমা (১বা) মোইরাং তুরেল

মোইরাং তুরেল অসি থাংজিং চীংজাউ খোইয়ুম সনা মখোং খাদগী চেম্থরকতুনা লাইজ ঈশিং মাগী মচিল্ অতুম্বনা থৌদু মুংপাক অপুম্বা কাওথোক-হুন্দোকতুনা, চীঙয়াই কৈরেল ঈ, লাংপোম চীঙ্জাউ ঈ, চীঙ'উ লৈতম ঈ, কেগে লাই থুংলেম্বী লোকনৌ ঈ, মোইরাং লৈশন থম্বী থারো ঈ, কোয়েক-কোসোক্ ঈ, নাতোন-চিন ঈ, থীম্বী শুনা ঈতম খোঙ, মোইরাং রানবী শুনা

ঈৱান খোঙ্। ৱাইথু থুংলোং ঈ, থারাউ লমসন ঈ, চেক্লা চা থ্ৰাগী অমুবীনা থুংকাং লৈচরোং হোংনা লাইজ ইথং খোঙ্ ছুয়েল নিক্তাদি থুমল্ তিনজ্ঞামল, মৈবী মনমৈবা নোংয়াই হাইচুবী হায়বা তিমেল খংলা লারোং চানবা ফানবা ঈ, য়োইময়াই তাওদলবা মুমিৎ মমাই লূনবা ঈ, থবী মমাই হেন্না ঈ, মমাই নোংপোক্ পান্না চেনবা ঈ, অঙাল্ মুমীৎ মচু সনা ঈ, চাঁভমাই কৈবেল ঈনা, নমু নি থৌ কেগে (=ফমবাশিংনা) মাইকৈলোমদা লাইজ ঈযাঙ খাইনা পাংলক্লে। হায়রিবা তুরেল অসিনা তুরেল্লু হায়'রবা মফম অহুগী, থৌহু মুঙ্গায়লক্লগী ঈচেল কন্না চেম্থরক্তুনা মোইরাং খুঞ্জা খাইনা মবুক ভপ্পা চেন্নক্লে। তুরেলগী নোংপোক্লা থুন-খানে, নোং-চুপ্পা থুম্থাক্নে, মাইকৈ অহুবু হৌজিক লৈরিবা মোইরাং কৈথেল্ অসিগী ভমথৈ অহুবুনি। কৈথেল অসি 'অউল কৈথেল্' হায়না খঙৈন। মরমদি 'মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াবগী' (=পুরিৎলাই) মশানৌ তালোয় ভাংখা লৈমদা নিংথৌনা কৈথেল অসি উনখিয়ে। ওকচিলথোং থুনদিনবী তুরেলগী তোর্ব্বান্নি ষণ-শেম্থোং লান্না মমাই অৱাং পাংনা তুরেল অসিনা চেম্থরকতুনা লোক্তাক পাংতা তাই।

# অনি (২শুবা) হনা খোঙ তুরেল

তুরেল অসিনা তাওথোং চাঁভজাউ অসিগী লোক মচা-মচা কয়ামরুমদগী হৌরক্তুনা লাইজ ঈশিংনা তত্তুনা চেম্থরকপা ঈচেলনা অশুম চেলকতুনা থমবো তাকতা তাই, থমবোঙ তাক্লা লোক্তাক

পাংতা তাই, তুরেলগী নোংচুপ্তা ককয়েল শুঙ্গা অথৌবগী মরান য়ুম্বম লৈয়ে। মফম অসিবু 'চৌংথুংশোং' কৌই। চৌঙ্থুংশোংগী ওন্নাংদা নারোং তুরেল্ অসিনা চেল্লক্তুনা লোক্তাকতা তাই। নারোং অসিদি অচৌবা তুরেল নত্তে। খোঙ্ মচা অমগুম্না লৈ।

## অহুম (৩ শুবা) ঈরুম্বী খোঙ্ তুরেল

তুরেল অসিগী হৌরকফমদি খোইরেল— তাক্তাক হায়নরিবা মফম অসি মোইরাং নিংথৌ ঈরাং পুরিংলাইগী মশানৌ ইবুঙেঙো রাংগোল্। চৌংথু থুথুবগী মমোম লাংলেন খোইবী মশুং লাংগীদমক্তা, খোংলেল্ লাল্থাবনা রায়েল্ কাতী মতুংইন্না লাইগী রায়েল নোংদম্বু য়েংলসে হায়রদুনা, চাইনা পুংদগী চাইনা রাকম তোকতুনা খোইরেলতাক্তী লমদমদা থম্বা নোংবাল অনিমক পামবা কৈরেল ফানবা পন চংলবদা পাম্বা কৈরেলগী য়াখা থাদুনা নোংবাল অথাক্ কোওয়াংবদী (=খোওয়াংবা) পাম্বা শারাক তমদুনা য়াইবী মথরাই থাখি। থম্বানা পাম্বা কৈরেলবু নমদুনা য়াইবী লৌখিএ। মবাই ইবুংঙো কৈরোইজাম্বনা তেংবাংখি, কবোকথেলগীসু অরাংনে, শেংগোয় লোক্তা চাকওাল লোক্তী মথাদা তুরেল অসিনা ঈচেল্ কন্না লাক্লগা চেগায় কৈথেকগী অরাংদা তেকসা রাখোংগীসু (=তেকপা তেসা) অরাংনে কুমদম রাগীসু অরাংনে, মফম অমুদগী তারকপনা নারোং অসিনা ঈরুম্বীদা পুল্লগা ঈরুম্বী অসিনা লোক্তাক পাংতা তাই।

---

চেগাই কৈথেলঃ— হায়রিবা কৈথেলগী মফম অসিদি হৌজিক্তী মতমদা মোইরাং মাইকৈ অসামগী খৃঃ ১৯৫৭ অশাওইদগী ওই-রক্লবা হৌজিকমক ওইরিবা পরার হাউস ( Power House)

ওইরিবা মফম অসিদা চেগাই কৈ:থল ওইরমই। কৈথেলগী নোং-চুপ্তা পরার হাউস লৈ। মফম অদুবু মোইরাং অহোং-পুং খোই-য়োল কৈ:থল'সিবু অ:থংপু:নি হায়নস্থু থেংনৈএ। খোইরেল তাক্কী রাফম অসিদি মমিং খরতমক পঞ্জবনি। খোইরেল তাক্তক কৌখিবগী রাফম অমদি ঈতোপ-তোপ্পা রারো অমা শাংনা লৈখ্রসন্নু তুরেল অমদি ঈশায় অসিগা পুনশনবদা কয়া চুশনদরে।

# মরি (৪ শুবা) পাখং খোঙ তুরেল

তুরেল অসিদি সলাং নিংথৌনা লৈরম্বা মফম অদুবু সলাং-থেল কৌই। সলাংথেলগী অরাংথ বদা থুমখোঙ্ অমা লৈ, মফম অদুদগী ঈহৌরকতুনা ঈচেল ঈহুল্ কন্না চেম্থোক্লকতুনা লোইবা লোইয়ালমদা থেক্লা খোইনা লাক্লগা ফুবাল্লা খুলয়াই ফাওনা মফম খরদা থেক্লা খোইনা চেল্লম্লগা লোক্তাক পাংতা তাই।

# মঙা (৫ শুবা) লমগাম্বী তুরেল

তুরেল অসিদি অরাং কৌক্র অস্থুকপা লোইবা নাই খুন্দা অহনবা, হায়রিবা মফম অসিদা চাঁওঙ্ঙ্ থাংজিং লাইগী য়াথং মতুং ইন্না খুন্দালবদা লৈশেম-খুৎশেম্বদা পোইরৈতোন্না খুনশেম্নে মশানৌ লৈনাওতানা খুম্ভক্লে (=বাকৎলে)। রারম অদুদগী পোইরৈতোলনা শালছুনা ইকং ফাখোম্না খাম্বী মৈরা চাউনা চম্ মালেম খাম্বী মৈচুরে। মালেম্না চাঁওগী শিংজা ওই; লাইজ ঈশিংনা খাউ ওই। মালেম লৈথক লৈখা খোলনা খাম্বী মৈহৌরক্লবদা খোইয়ুম

লাইয়াম অপুম্বা রানরে, খোইয়ুম লাই শরোই হুম্ফু মাথোই, উমং-লাই মাপলমকস্নু রা তানবা য়াওখিরমই। চীঙ্ঙু থাংজিং লাইনা খাম্বী মৈ-কনবা হায়দুনা রাহৌখিয়ে। চীঙ্ঙু অপানবা য়াওখি, "লাইয়িংথৌ সনা মহি" লাই সোরা-রেলস্নু য়াওখিয়ে। খানা চাংবা লাইস্নু য়াওখিয়ে! কেগে মোইরাং লৈকোই লাইস্নু য়াওখিয়ে, উরিখোংনা মপা মচাস্নু (=কোরিফাবা) য়াওখিয়ে। পীথ্রাইবীস্নু য়াওখিয়ে। অয়াং লৈম্মা লাম্হোইবীস্নু য়াওখিয়ে। খোইয়ুম লাই অপুম্বা তৌফম খংদ্রবদা নমু তাইবং খিবীক্রা।" অরাবা তারবদা উরিখোংনাং মপা মচানা খাম্বী মৈকলখিয়ে! মৈবু লোমরে মৈরোম্বী, মৈবু লানবা ঙমদনবা খুদম ওইনা লৈই চিংলমই হায়দুনা মফম অদুবু হৌজিক্তদি তুরেল্ ওইরবা থোদোক অদংদগী লমগাম্বী কোনখিয়ে। তুরেল্ অসিদি কৌব্রু চীঙশাংগী খাথংবা চীঙশাংদগী মমাই নোংপোক্ পাংনা ঈচেল্ ঈহুল্ কয়া চেম্থারক্তুনা থেক্রা খোইনা লাক্লগা লোক্তাক পাৎতা তাই।

## তরুক (৬শুবা) নিংথোখোঙ তুরেল
### (=নিংথৌখোঙ)

তুরেল অসিনা কৌব্রু চীঙগী খাথংবা চীঙমৈদগী ঈচেল্ কয়া মমাই নোংপোক পাংনা চেম্থরকতুনা খোইয়ুম লাই ওক্লরেল থংনরেল চীঙঙু লাইগী অরাংদা তুরেল অসিনা ঈচেল্ কয়া চেম্থিহনা লোক্তাক্ পাৎতা তাই। (=তুরেল অসিগী মমিং অসি হেনতাক্ খোং, নাওতুনা খোঙ হায়রগস্নু খংনগনি অরিবা লাইরিক্তা থেংনৈ।)

## তরেৎ (৭ শুবা) থোংজাওলোক তুরেল

তুরেল অসিদি লাই মতোন্ ফোরুংবা চাওজাওদগী তুরেল অসিগী হৌরকফম মরুনি, তুরেল অসিগী লাইজ ঈশিং অসিনা ঈরাই ঈথিল্ কন্না ঈরাউখোলতনা পুমনিল নিন্না থৌদু মুংরাম কয়ামরুমবু কাউথোক্লমলগা মমায নোংপোক পাংনা লুরাং থুনয়াই থায়না চেম্বরকুনা লোক্তাক পাংতা তাই। হায়রিবা তুরেল অসি কোম্বা লাইগা লোক্তাক লাইরেনবী ঈরৈমগা করিগুম্বা রাফম অমদগী য়ানদবদগী থোংজাও লোকী থৌদুমুংস্থু লোক্তাক পাংতা তাহনখিদে অদুদগী লোক্তাকী লেমলৈ ভাশিংসু তুরেল অসিদা কাইনদরে লোক্তাক লাইরেম্বীনা। ( = অমুম্না হায়নৈএ।)

## নিপাল (৮ শুবা) য়াঙ্গোই তুরেল।

তুরেল অসি কৌব্রু চাওশাগী থা-থংবা ময়াই চৌবুক ওইরপ্পা মফমদগী ভামু-খোঙ্ মরিলদা লাকতুনা তুরেল অসিনা মাকলং (=থানা) থুনয়াই থাইনা ঈচেল কন্না চেম্বরকুনা হৈবী লোক্তা তারে, হৈবী লোকী মফম অসিদি খোইয়ুম লাইরেম্বীগী মফম্নি। মফম অদুদা তুরেল অসিগী মমিংবু হৈবী লোক কৌরমই, ভাপুরুম চাওজেলদগী লৈখুল অমদি কফুত কয়ামরুমদগী থোক্লগা তুরেল অমা ওইনা লাক্লগা হৈবী লোক্তা পুললৈরে। হায়রিবা মফম অদুদগী তুরেল অসিনা থাপাংনা লোইবী-লোইয়ালম চাওখোঙ চাংয়াদা ভাথা থেঙথনা হায়থরকতুনা শজী লোক তুরেলনে; উয়ুং-খোঙ তুরেল, অহুম অসিনা পুন্নফম মফম অদুবু "লম্ফাং

লাইব্রেরী" (=তক্ষা লাইবেরী) কৌই। হৈক্রুক্সম খুনগ্নাই খাইনা তুরেলনা মমাই খারম পা'না লাকপনা নম্বোল খুনগ্নাই খাইনা তুরেলনা মপুক তপ্পা চেল্লকতুনা মফম অক্তুবু নম্বোল তুরেল হায়রগা খওনরে নম্বোল তুরেল অসি নম্বোল খুনগ্নাই খাইনা পোইরে খা-পাংনা থেক্লা-খোইনা চেম্বরকতুনা "নসতাও" ঈরেলদা পুনশিনপে! মফম অংগী ঈবেল অ'সিদা য়াঙ্গোয় নিংথৌ অসি থুপখি, (=মাংথোকখি) মরম অক্তুদগী তুরেল অ'সগী ম'মংবু য়াঙ্গোয় তুরেল হায়না কৌ'খ য়াঙ্গোয় তুরেলনা থেক্লা-খোয়না খারম পাংনা ঈচেল তপ্পা লাক্লগা তবুল শুম্মাং অমদি লিকলাং কারোং হায়রগা খংনরিবা তুরেল অসিনা খা পাংনা লাক্লগা য়াঙ্গোয় তুরেলনা লোকতাক পাংতা তাই।

## মাপল (৯শুবা) খোয়রিদাক্ তুরেল

তুরেল অসিনা ঈপালথাগী মতমদনা ইম্ফাল তুরেল অচৌবদগী ঈশিংবু পুশিনলক্তুনা মমাই কৌব্রু ওইরপনা মবুক তপনা ঈওনা তওনা চেনশিনক্লগা লোক্তাক পাংতা তাই। লমলেন খোয়রিদাক ঈবিল শোয়, চুপপা-খোঙৈব য়ুংবা শোয়, মওখা (=মাঙখাং) চীঙখা চীঙমৈ পস্নোমলোম মুকপ চীঙগী নোংচুনে, চীঙলক চীঙশাং খাইনা চেল্লক্র। নোংচুপ্পগী অমুক চীঙলক অচৌবা তাখিরে; লোংখুম পাংতা তাই। পাং অসি ময়াই খাইন লাকপনা লৈঙাং পাংতা তাই, লৈঙাং পাং ফওজুনা খোয়রিদাব তুরেল অসিনা লোক্তাকী মফম খরদা কোইনা থেকনা চংলুরগ

লোক্তাক পাংকী লাইজ ঈশিং অম্বাম্বা চিংথোকাথতুনা খোয়রিদাক তুরেলনা ঈপাল থাদনা তুরেল অসিনা ঈশিং চেলশিল্লই লোক্তাক্তা, ঈকুং থাদনা লোক্তাক্কী ঈশিং অসি চিংথোকুখি। অসুম্না তুরেল মাপল্ অসিনা মাইকৈ অমা-অমাদগী লাকলগা লোক্তাক পাংতা পুলশিলখি মরম অদুদগী লোক্তাক্ ঈশায় মাপল কৌখি, তুরেলবু ঈশায় হায়্যনাসু খংনৈ।

# খোয়রিদাক্কী মৈহোরোল

মতম অমদা লোইরেল সনা মপুওদা কুম কাংলবদা নোংতাদ্রবদা লৈবাক অসিগী মহৈ-মরোং, মনা-মশিং অপুম্বা মপুংফানা য়েন্নিং হুনবা ঙানা•থোকলে। লৈপাক অসি লৈকংলা ওইদুনা শা-ষণ উচেক্ রায়, অমদি তাইবং মী ফাওবা চাথকপা মনিং থুওনা মপুংফানা ফংদরে। কোরৌ নোংমা নোংমগী শা, ষণ, উচেক রায়া নমু তাইবং মী কয়াম্ব লাইজ ঈশিং ফংদ্রদুনা শিবা ফাওবা য়াওশিলক্লে। লৈবাক অসিগী মীয়ামনা অরাবা তারবা মতম অদুদা "ততো-রোতো তুমৈশাং" কৌবা মাইচৌ (=পণ্ডিত) অমনা কেগে খুনচেপ তরেৎ মোইরাং লৈকায় মাপল অসিনা লাইজ ঈশিংবু ফংদবদগী ঈথৌলাং, তরা পীবুক চাতংননা অরাম থোরাংবনা লৈমাইথক্তা ওনদুনা লৈবা মীয়ামশিং অদুগী য়াইবা মথরাই কয়া কনশিগে হায়দুনা ততো-রোতো তুমৈশাং মাইচৌনা লৈপাক মীয়াম খরগা লোইননা চংতুনা খোইবুদা থৌদু নুংপাকথক্তা নোংরেল মাবু লাওরবদা মতম; অদুমক্তদা চীওডু তাইবং

মপুনা পেললন্তুনা লেপনমক কোরৌ মুমিং তরেংনি নোংরেল মানা লেপতনা নোংখোঙ ফুইনা চুথরবদা মীয়াম মখৈ অরাবা অমুক ওইনরে। থোদোক অতুদা অরাবা অংবু মীবমংলন্দগীদি হেন্দোক খোইদোক্লারবা খোইরি নোংগাং শাকহেম্বা, খোইয়ুম লাইগুম তৌওম্লবা নীপা অনি অসিনা লৈপাক মীয়াম পুন্থনা তুরেল অসিবু থারম পাংনা তৌদুনা চীঙলক অচিনবা অনিগী কারক্তা লাইজ ঈশিং ময়ামদো থাদখি। তৌঙমদ্রবা থবক অতুবু নীপা অনিনা ঈরাই লাইনা তৌখিবা মরম অতুদগী খোয়রিগী কোলোই লৌত্রনা খোয়রিদাক তুরেল কৌনখিএ। নোংমাই খোঙ অসিসু নোংগাগী কোলোই মিংলেনবু লৌত্রনা কেগে খোয়রিদাক্ মোইরাং নোগাংখোঙ কৌখিএ। কোরৌ শিংবুম মরিনিদা তুরেল অসি লৈপাক খোংকংপা লোইখিয়ে। হৌজিক ফাওবা পোইরৈ চাদোল নৌতনা খোয়রিদাক তুরেল নোংমাই খোঙ তুরেল অসুম্না থংনরি। লোক্তাক ঈশায় মাপল কৌখিবা রাকম অসি মথক্তা পনজখিবা তুরেল মাপল অসিনা মাইকৈ অমা অমদগী লাক্লগা লোক্তাক পাৎ অসিদা পুন্নে মরম অতুদগী লোক্তাক ঈশায় মাপল হায়বা রাকম অসিমসু কৌনখিবনি। লোক্তাক অসিগী মন্নুংদা পাৎ মরু ওইবা মাপলথক্কী মমিং তোংঙাল তোংঙালনা লৈ মতুদি তাকমু পাৎ, লোক্চুম পাৎ, থাজ্জি তোলোং পাৎ, চীঙহৌ পাৎ লৈহাও খোঙ পাৎ, (= পোকশংবম কজীন) লোক্তাক লমম্লাই অসিনাচীঙবা মখোয় মাপল অসিনা মচেৎ মচেৎতগী তাইশিন্দুনা অমত্তা ওইবা পাংশা মাপল অসিনা পুনশিল্লগা লোক্তাক ঈশায় মাপল কৌনরি।

---

মোইরাংবু লোইরেল সানা পুঙ কৌরমই। রাকম অসি অরিবা লাইরিক ময়েকতা থাংজিং চীঙোয়লোন কৌবা পুয়াদা থেংনৈ

# লোক্তাক ইরৈম্মা

লোক্তাকনা মি শেলনে, থাংজিং চীংনা উক্ষনে, থাংগা করাং চীংনা মি শেলনী মখোংনে. কোবেক তাব ঈশাক লম নদা তরে• লুতীল্ লম ভান্নু কা হ যাগদ লম, চেক্রা উকোং যাবেকপা লম, থুমু তৌথু্রা পায়দা লম, ভাংগা তারেংনা কোননা লম, ইকক্রুদি শোজিনশা এনানদি ঈমায়শি চরানদ চেপেমাই-তু, লাইজ ঈপাক ঈয়াইদা নমু তাইবং কয়ানা রাকুযে-হি তোংহুনা তোঙজ চৌরি থুহুম চেংনা পায় মালং ঈচিক থেম লাইজ ঈপাল লাং লেমলৈ ভামিং থেনক্ষম লমলেন লোক্তাক ঈশায় মপাল্ ঈপাকনি। হিদি-য়াইদি তু নক্ষম পীনাক্ষবী লাইরেম্বা মাগী মশরুক থাক্তুনা মচাশিংগীদমক্তা অপনবা লৈতনা পীনবার, লাইবা অনং থায়দনা অচান-মীরাই নাইদনা চংজরকপা খিবীকপুচপ্ মান্ননা য়েনবীবা ঈমানি। চেক্রা কয়ানা লাইজ ঈপাক ঈয়াইদা চাকতাজবদা লাইজ ঈশিংবুং ঈনৈরবসু কসক-অশাউ লৈতবী লোক্তাক ঈমা লাইরেম্বীনি, ঈবমলেনগী চেক্রাগ মীরমলেনগী চেক্রাগ লোক্তাক পাংতা চেক্রা শক্ পুননা চাকতামীন্নে; চেক্রা শকথংদনু চেক্রা চাকতামীনরে চেক্রা শক থংনরে চেক্রা চিল্লক্রবে। সেমলৈ ভাবু মুননা মুননহুনা মালং ঈচিক থেম, লাইজ ঈপাল লাংমিনৈ চেক্রা শকথংবনৈ। কুমগী মতম লাক্পনা মকুম কুমদি কুমথারে, মথা মথাদি থাদোয়রে, কুমগী লাক্রেল লাকপদা ফাইরেল থাইব লোমসক্রে। লমতা থাজিন বাইরক্রে, মতম কোবী লাইরেম্বীনা

মিংকুপ অমা ফাওবা ভাইবীদে; মিরমলেন্দগী লাকপা চেক্লাশিংগা হাম্না লৈরম্বা চেক্লাশিংগা খাইনরসিকো মরুপলোই! নখোয়স্থ পুন্সি মুংশাঙ্কো, ঐখোয়স্থ পুন্সি মুংশাংজগে মরুপলোই। কুমগী লাকয়েল্ লাকপদা ঈপাক ঈয়াই অসিদা অমুক হন্না চাক্তমীন্নশি-কো, "হা চেক্র খোইনৌ চান্নরবী ইতা মরুপলোই।" কাওনম্নুশি চেক্লাও! চেক্লা নখোয়স্থ শাগল্ তুক্কাং-য়ৈ; কোরৌ নোংদোল থক্কা পাইখরো, নরানয়াইদা থুংলুরো, ঐখোয়স্থ মিংনা য়েংবা অউবা মথৈ য়েংজহৌগেকো, হা—মীরমলেনগী চেক্লা মরুপলোই।

# চীওন্নুংশোয়

থোঙনাং লাংবুম অরিবগী লৈতাফম চীওন্নুংশোয় কক্য়েল শুজা অথৌবগী থুনদারম কুরু (=গুরু) অচুম্বকী থংজিও লংগুম শুওজনা তিনফম! কুরু খোঙ, চাকভাল লোক্তী চাইরেল চাওবা শোবোল ওম্বগী ভাংখা শেঙগোই লোক, ভাংখা হয়্নালাওবী খোইয়োল লৈকাই'রারবা য়াইবুঙগী খোইয়োল লুখোক চাওখোই-নবগী থুন্দা লম্। ভৌবা য়াহৈবা মাগী খোইয়োল কৈথেল অহোং পুঙ, মোংয়াজম, লোইরেলজম, লমলেন ওকশোওবুংদি খোইয়োল ভাংথরুংবগী লোইরেল সনা পুঙদি পুঙলেল্নে, য়াইবু পুরুম তাইবী লোক্ অচুবু নোংদ্রেল লাইরেল পাথংবনা য়াথোককমনে। চীওন্নুংশোয় অসিদা কক্য়েল শুজা অথৌবর্না মকম অসিবু শোই-চারমবা শোইফমনে। (=তাকাকমনি) মরানয়ুমফমস্থ ওইরই, অসিগী নোংচুপতা ঈরুম্বী তুরেল লৈএ।

# ঈরুবী তুরেল

কেগে মোইরাং (=মুরাং) চাওবা লৈকোয় পুন্ডা পানবা নিংথৌ পুওলেন হনবগীদি মহাকথক্তা লোক্তাক ঈশায় "লাইও লাইরেল" লাইনা রা হায়রক্লে। রাফমদি, "হে-নমু তাইবং নখোয় অসি ঐগী নোংমগী ইচিঙাক্ ওইনা তাইবং মী অম-অমা পীদবদি" লাই ঐনা অঙম্বা মখে ঐগী ইচিঙাক ওইগনি হায়র-কলবদা মোইরাং নিংথৌ মাগী পায়মা পীবুক হুংবাংনরে নিংথৌ মাদি চিনবান থক-খা' কংখরে রাখল' লংজিল পুনখরে। সনা পুক্লিং লাংতক্লরে, লৈপাক মীয়ামগী মরমদা রাখল কয়া খলনুরগা নিংথৌ ঐগী লৈপাক্কী মীয়ম্নু লাই মানা নোংমতদা তাইবং মী তরা নগ্রগা কুন চাখিবা তারবদি নিংথৌ ঐগী লৈপাক মীয়াম অসি অমতা লৈতবা তাখরে হায়না প্যায়মা পুক্লিং হুংনাংলে কেগে মোইরা নিংথৌগা "তুবী মৌবী লাইগা' রা লেপনখিয়ে ! নোংমগী তাইবং অমা মৌবীলাই মাগী চাকথাক হুনবা হায়না লেপনরে অদু নোংদগী লাইরেল মাগী চাকথাক তম্বা হৌখি। লৈপাক মীয়াম অপুম্বনা শিনিংবা কনা য়াউদবনিনা লৈপাক মীয়ামগী অরা ঈশা লাং মীকপ মীরাউখোলগী খোঙ্লেলনবু কেগে নিংথৌনা তারবদা নিংথৌ মাদি অৰাবনা চিনবাল থক্ খাবু কংহুনা চীঙউ্ থাংজিং লাইগী মফমদা থৌনিজরক্লে। "হে—খোইয়ুম নহকতী" অমম-অঙাল অপুম্ববু খংবীবা মপুনি ! অতোনবা মপী মপা লৈতববু কোম্বীবা খোইয়ুমনি। নচা ননাইনা চীঙউ্ নহাক্কী নফমদা চংজরি

খোইয়ুম নহাক্কী নোংদমবু ওইবরা ? নম্ম তাইবং ঐখোয় অসি-তদি কনবীয়ুকো লাইম্নিংথৌ—ও !"

কেগে মোইরাং ভাংখ থুনদোলনি, নোংখ্রাংপোকপী লমদম্মি কেগে চনূরা মমা মচাদো, নিংথৌগী সনা য়াথং ফংলবদা অরা চুইশোল লাংচুনা অহিং নোংলেন চুপ্পা চাদ-থক্তুনা নোংলেল্ খোংগুম মীকপলে। অহিং ঈনুং শোইবা মমা মচা অনিনা পুকমেল পাউমেন্নরক্লে; পলেম মমা লুখ্রা "খোইদোংবীনা" মাগী মমোম চনূরা "চাইবীবু" পলেম্না চিংনা-চিংনা য়েংজচুনা শেংনা কায়নগদবগী মৈচাক্লা মীৎলু নাপোম অনিদা তরং লাইক্ত ঈহৌনা মমোমবু শমু মশাবু নানবীরচুনা বা হায়রক্লে। "হা ইবেম্মা ঈমা ইচা ঐখোই অনিদি হন্না য়েংবদা কনা লৈজত্রবনি।" লোল্‌না থূপ্পা লৈরবসু মশাগী লাইগী চাকথাক থোক্লবদা লোংলি হায়চুনা নিংথৌগী মনাই ফম্নাইবনা অমুক ফাচুনা হাংখিগদবগী মচুৎতা, লৈপাক মীমাংদা নমা ঐনা সোইদনা চৎকনি হায়রক্লবদা। মমোম চাইবীনা বা হায়রক্লে, "হে-পলেম অপোকপী ঈমা-ও !" তুবী লাইরেল মাগী চাকথাকপু নমোম্না চৎচগে, পলেমগী য়াথং পীনবিয়ু পলেমগী খোমলাং লমন শিংজগে পলেম অপোকপী অসি হায়রবদা। পলেম মমানা রা হায়রক্লে, "হে-ঈমাগী ইবেম্মা' পলেম নমা ঐনা চৎকনি ঈমোমদি পলেম-পম্থৌনা থাজবা ⚹ পামেল উশা খোংদরি তাইবং মীপোক্তা সুংভায়বা নশরুক ফংদরি ভাইবং অলিদা মুংশাংনা

---

⚹ পামেল উশা খোংদরিবী— নয়ুম নকৈ পান্দ্রিবী নূরাগী নথংলেন কনা লৈতরিবা।

পানদুনা লৈহৌখো নহাকতি। পলেমগী য়ান্না তারবদা মমোম্না পলেমদা চিংনা-চিংনা য়েংজদুনা ব্রাহোম্লক্লে। "হে-ঈমা ঈবেম্মা পোইরৈ শাংনা চাওবা লৈপাকনি চাদোল নৌতানা লোক্তাক খবা শানা পানফবা থাংজিং চীঙমায় হোংনা তা, কেগে মোইরাং খুৎনজেপ মাপল্, লৈকায় নিপাল, লাকপা নিপালনা পূবা লম অসিদা, নমোম লমজা ওইবীনা কনাগী খোংজিন্দবু চংত্নুনা লৈহৌশিগে পলেম-ও! "নমোমনা অব্রা মৈশা লাংনা লৈহৌগদবগী মতুংতা লাইরেল মাগী চাক্‌থাক ওইত্নুনা চংচগে য়াথং পীনবিয়ু।" পলেম-ও! হায়রত্নুনা মমা মচানা পূকমেল-পাওমেলনরবা মতম অদুদা, 'খুমু লৈরিজম্বা মাইচৌনা' তাহৌরে। লূখ্রা মমা মচাগী অব্রাবগী ব্রাঙাং তাবদা মাইচৌ মাগী থম্মোয়সুংদা সুংঙাইতবনা, লূখ্রা মমা মচাগী মোংবা মরালয়াইদা চংলকতুনা ব্রাহোমলক্লে। "হে-লূখ্রা ঈবেম্মা নমা নচানা কৈদৌ নোংগীবু পাইমা পুক্লিং শোক্লা পীরাং তাববু করম্বা অব্রাববু লৈবনো? ইপাদা ব্রা হায়রু, লূখ্রা ইপানা ঙমলগা ইচাগী অব্রাবা পূম্নমকপু কোক্লবা হোংনরমগে হায়রক্লবদা।" অহিং তাংলৌ অচিকপা মতম ওইবনে খোইদোংবীনা মাইচৌ মাগী মক্নমদা মৌবী লাইগী মরমবু মথংশিংনা পাউদমলে। কোরৌ অত্নুগী অহিংদো মাইচৌ মানা ব্রাশকপগা লোইননা ব্রা হায়রক্লে, হয়েংগী সুমিৎশে ইপানা মৌবা লাই মাবু তাংজ লুরেল ককথত্নুনা য়াইবী মথব্রাই মুৎথৎকে ঈবেম্মা নমা নচা করিমত্তা কৈদৌরোই হায়রমলগা খুমু লৈরিজাম্বা মাইচৌদি মরানয়াইদা হনখিদরে। লোইবী চীঙ অব্রাংবা কবুই হাওব্রা

চীঙগালম অহিং নোংলেন চূপ্পা লেপতনা কাখৎখরে। কবুই শলাং নিংথৌগী মফমদা থুংলত্তুনা শলাং মাগা রা তানরে, মরমদি পাথৌ (=ইতাও) মাহচো নহাক্না মতম খোঙলৈ চাদনা অহিংগী তাংলোদা মফম অসিদা শামু খোঙদোই তমলকপবু শাবাও-লালবাও লৈরবা ? * 'য়াঙ্‌দোনা পাউদম্লো।' হুয়েল লালগী রাকম্না শাকা-লালফাগীবু ঙইরবস্থ রাগী রাখোঙ শিংথাবীরে', 'হে-পাথৌ নামু তাইবংগী † হুয়েল ঈরাল নত্তেএ!' লোকতাক মৌবী লাই মানা তাইবংবু ঙংনৈত্তুনা মাগী মাচঞ্জাক ওইত্তুনা লৈবনা, লৈপাক মীয়ামগী অরাববু করম্না য়েংশিগেনে ইতাও। নহাক্না মৌবী লাই মাবু কৌবদি লায়না ঙমগনি মরম অহুনা এনা লাই মাবু য়াইবী লৌবা ঙমগনি। 'হয়ে গী কোরৌ মুমিৎতা কেগে পাংজম কুম লমলেন চীঙমুংশোয়গী লমদমদা কুমত্তুনা মৌবী লাইবু ফাদবা য়াদরে মরুপ মাইচৌ ঐগী তেংবাংবিয়ু, কাবিগুম্বা মতমদা চীঙ লৈপাকী অরাবা তারবা মতমদা তেংবাংজগে।' অহু রাবু তাবদা কবুই তোম্বনা হোয়-য়ারে ইমুংবা কোরৌ অহু ভাল্লগা মাইচৌ অনিনা মোইরাং থুন্দোল পাংলক্লে। পল্লেম মমা মচাদা খুমুলৈরিজাম্বা মাইচৌনা রাহোমলক্লে, 'হে-ঈবেম্মা হৌজিক্তি নোংঙাল্লবনিনা ইপাখোয়স্থ লাক্লে, হমোম চাইবী নহাক্না ইপাগী শামু তুংবু ইল্লক্লো চিংনগ্গু কিগমুকো ঈবেম্মা।' হায়রিবা শামু মিকোক অহুম অসি লোক্তাক খোংয়াদা থুংলত্তুনা লাইরেল মৌবী লাইগী চাক্‌-থা পুঙদা থুংলরে।

---

* য়াঙদোনা = মরুপ্পা। † হুয়েল ঈরাল নত্তেএ= লালদা মাইথীবস্থ কংদেএ, লালদা মীথা পোনবা নত্তে।

মাইচৌনদি বা হায়রক্লে, 'হে ঈবেম্মা চাক-থা পুঙদা কপতুনা লৈয়ো, ঈপা লাই মাবু কেগে কিফবোই; লাই মানা লাক্লগা মাগী য়াইবী লৌগে।' খুমুলৈরিজামবনা অসুম্না বা হায়রবদা নুবা মাসু চাকথা পুঙদা কপতুনা লেপতুনা লৈরক্লে, মাইচৌ অনিসু লাইমাবু কৌননবা বা থন্নহুনা মাগী মাগী মফমচাবা য়ে-হুনা লৈরক্লে। 'হে-ইতাও কবুই নিংথৌ নহাক্না লাই মাবু কৌবিরো খুমু লৈরিজাম্বা ঐনা লাই মাবু লুমগে, কবুই তোম্বনদি মৌবী লাই মাবু তোইনা তোইনা কৌরক্লে।' 'হে-লোক্তাক লাই-ও লাইরেল লাই, লাইরেলনা তুবী শিদবা নংগী চাকথা লাকসে চাররো লাললো।' মাইচৌ মপাও তাবদা লোক্তাক ঈশায় মাপল চাকতাবা লাইনা এনশর্ম চরাং খোম, চিরেল থক্তা হাইগৎ লাইজ ঈয়াইদা ঈপাল লাংলক্লে, মাল' ঈপোম য়ৈথাইহুনা চাওম্নুং-শোইগী লমদমবু য়োনবা লাক্লে। লাই মাবু লাকপা উবদা চেকশিনবীয়ু ইতাও, শোইবা য়াদে খুৎলাই চেকশিন্না পাইহুনা মৌবী লাই মানা চাওম্নুংশোইগী তুখুলদা কাখৎলক্লে, 'চাকথা পুঙদা লৈরিবী নমু তাইবং চনুরা অহুবু উবদা চারগনি হায়রহুনা মৌবী লাই মাগী পাইমা পুক্লিং মরাং হৌনা হরাউরে।' কোরৌ অহুগী মুমিৎতো মাইচৌ অনি অহুনা লুমহুনা লৈবা অহুবুদি লাইরেল মানদি থক মউদরে, "হে-চীঙ্ঙু থাংজিং মাগী নোংদম্না কনখিবনা খুমু লৈজাম্বা মনা তুখুলগী তুরৈদা তুখুপচন্না থুপ্পুনা মথুৎশু লোংশা মপল পানববু থুহুম চেৎনা পাই, মৌবী লাই মানদি ঈম্নুংদগী ঈপাল লাংবা কাখৎলকপা মতম অহুমকতদা

.থুমুৈলরিজ্জাম্বা মাইচৌ মানা লোংজৌলদা * থমুও কাংলোনবু মখা চিক্লতুনা শরি নামুও শোল্লতুনা লংথোকলক্লে মখুৎশুবু লাই মাগী ·চীরেল অনিগী ময়াইদা লোংশা মাপলনা থুম্না য়ৈশিল্লবদা লাইজ ঈংখেও হাথরে।' 'তুবী মৌবী লাইরেল মাসু অৱাবা চৈথেং ফংলবা মতম অতুমক্তদা কবুই তোম্বা মাইচৌনা চীরেলদা খুদক্তা মীৎনকুপ্পদা কত্রং লংচা তরেৎনা তাবা থৌরীনা পূনশিন্দুনা ঈরোল্মুংদগী মানবী লিতোল্ পায়তুনা ঈকংথকতা চিংখৎলক্লে।' 'কম্বোং নমপুতথক্তা শাম্বা শাদল থা,' লাই মাগী লুরেলবু ৱায়েলগী হুইল-লাংথা ( =ৱায়েল-কাতি ) থাংলেন খুতুমচেৎনা পায়তুনা কোরৌ অৱাংবদা হাইগৎলক্লে। লাহ মাগী লুরেলতবু ককৃত্রি-ৈতদা তুবী লাই মানা ৱাখল তৌরক্লে। 'ঐগী চাকথা পুতদা' লেপলিবী চনূৱা অসি ঐগী দমক তমলকলবা চিঞ্জাকনে।' তুবী ঐবু ওমবা তাইবং মাইচৌ অনিগী মখুৎ চনাখিবনা চনূৱা নংবু চাজবা ওমদরে ঐগী ঈথৱায় অসিনা থাত্রিৈতদা মুনু নংবুতদি ম্নাইবী নথৱায় লৌবা ওমবৱা য়েংগে। হায়তুনা লাই মানা মকোক্তি ফুক্কৎপা (কাংখৎচবা) ওমদা মৈতোল অতুনা চনূৱা তম্না হায়গৎ-লক্লে। মতম অতুমকতদা চনূৱাদি মাইচৌ মাগী ঈঙ্গিৎনা চৎহল-খরে, নুজা মাবু ম্নাইবী লৌগে তম্লক্লবদা খুমুৈলরিজাম্বা মাইচৌ মানা থমুও কংলোলদা লাই মাগী মৈতোলবু ওাকৃথোক্লে। তুবী মৌবী লাইগী মমৈদি নূৱা মাদি পালহৌদরে লাইরেল মাগী মশা অপূম্বা থক-থক ককৃথৎখিবা ,, মুকক্ তরেৎপু শলায় তরেৎ

* থমুও কাংলোনবু = হিকাপ-ম্নাইকাপ (=মন্ত্রা)

মীংথোলখিয়ে।" লোক্তাক্তা শলাই তবেংমক্কী তুবী লাইরেল তাবা য়াদে, 'মাইচৌগা মৌবী লাইগা শাবী ৱাশকনখিদ্রনা লেপ্প-খিবা মরম অমা লৈবনা, লোক্তাক ঈশায মাপলগী মন্নুংদা তুবী লাইবেল লৈবস্ন মীনিল তাবদা মখোইস্ন নাথৈদ্রনা লোংখি অমদি চেনখিযে।" তুবী মৌবী লাইবেলনা লোক্তাক ঈশায় মাপলগী মন্নুংদা হাইনা-হুম্না চন্না লৈরম্বনা তাইবং কযাস্ন অরাবা অমা ওইরমই। লাইমানা লৈতরবদা তাইবং মথৈ অকি অখং তুজু' লৈতনা মুংঙাইনরে। 'তুবী মৌবী লাইবেলনা মাগী চাকতাফমদি লোক্তাক ঈশায় মাপলগী মন্নুংদা থামং পাং, থমংথোও তুবেলনি। খোয়রিদাক মক্ক, লৈঙাং পাং খজি-তোল্লোং পাং য়াঙ্গোই তুরেল ঈতাফম লাই মাগী চাক্তাফম্নে, লাই মাগী ঈকাফমদি লমলেন চৌঙনুংশোয়নে।'

---

তুবী মৌবী লাইরেলনা মাগী মথৈনা নূবা চাইবু ফুদ্রনা য়াইবী লৌগে হায়না নোংদোল থকতা হায়গৎনুরগা মলেমদা ফুথরকপা মফম অহুবু লাই মৈতা হায়না হৌজিক ফাওবা পোইরৈ চাদোল নৌতানা খংনরি, মফমদি মোইরাংলোমদা লাই মৈতা হায়না খংনল্লি হৌজিক ফাওবা।

## তাকমু-পাং

করাও মৌবী খোক্ মন্নুং মুঙজেং শিন্না খোক্, করাও খোকতী খোকলবা শোবী ননাপ খোক কৌএ। কোঙয়াঙ তাংদা ফবনে ফীরাল চৈখোক তাওজুমবা কোওয়াঙ ৱানে; হায়রিবা

য়া অহুবু মোইরাংগী অংথোয়বা মাইচৌ খুমু লৈরিঙ্গামবনা য়াই-থমলোই লাই নুরা তরেং, উমং লাই মাপল খোইয়ুম লাই শরোই ছুম্ফু মাথোইমক কেগে থোইন্না নিপাল হায়রিবা লাইয়াম অসিদগী চীঙওুমক্কী অহেনবা চীঙওু থাংজিংদা কংনবা হাযহ্না কোঙয়াঙ অসিবু মাইচৌ মানা য়ানখিয়ে, হায়রিবা কোঙ-য়াঙ্‌রা অসিদি কোঙয়াঙ মতিক ময়াই চাউবা রাবু ওইরমলে।' তুবী নোংদ্রেল লাই পাখংবা খোইয়ুম মাগী কোরৌ হুমিং খুদিংগী কাইদোঙফম কোঙয়াঙ্ রাবু ওইরবনা” কোঙ্‌য়াঙ্ রাবু লৈরমদ্রাবদা কোরৌ অহুগী হুমিদুগী খোইয়ুম তুবী মনা পাইমা পীবুক মৈহৌনা মীয়েং শাংখৈরকপদা কোঙয়াঙ রাবু য়ানখিবা নমু তাইবং অহুঁদি অচম্বা তাই-বংদি ওইরমদরে। খুমু লৈরিজাম্বা মাইচৌ ওইরমলে, “খোইয়ুম নোং-দ্রেল পাখংবনা পাইমা ঈনুং লেপখিয়ে।” শরি পনদোম লোম-খরে, (=নামুংবা চংবা য়দে, তৌবা য়াদে লোইহেদে হায়বা ৱাফম লেপনরবা অহুবু কৌই।) খোইয়ুম নোংদ্রেল পাখংবনা খুমু লৈরিজাম্বা মাইচৌ মাগী য়াইবী ময়োল শংলগে হায়রদুনা মাইচৌ মাগী মোংবা মরানয়াইদা হুয়েল লাল চংলক্লে। মতম অহুদি কোরৌ অঙালবনা চপ য়ুংলবা কোরৌ অমগী মৈশানা থামবী মৈগুম শারবা মলংবা মাসু হুমদ্রবা, মতম অহুদদি মাইচৌ মাদি তরা চাকপু চাদ্রনা লৈরিয়ে। “খোইয়ুম নোংদ্রেল মানা মাইচৌ মাবু মপাল, মলং ইচিক লাংবা খোংদোইরকপদা মাগী শামু মশাগা য়াইবী থরাইগা পুমনা য়োংতুনা চারগ হায়হ্না মাইচৌ থোকললকপবু ওাইরক্লে।” খুমু লৈরিজম্বা মাইচৌ মহাক্না

কোরৌ অভানববু মমনা উ'খয়ে। মতম অতুমকতদা মাইচৌ মাগী পাইমান্থ দা মওল মওল রাখল তৌরকলে, অতুগা লোইননা নমু তাইবংগী মনম খঙ্‌বা ঙমলবা খোইয়ুম লাইগী মনম খঙবা ঙমলবা হুয়েল লাল্‌গী কা'লো কুপনা খ'লবা 'থুম্‌লৈবিজাম্না মাইচৌনি। খোইয়ুম নোংদেল লাই মনানি মীবমববু উহনদনা ময়াবু কতনা লৈববু খ লংনা, মাইচৌ মানা থুদক্তা তরা চাবা তোকথোক্‌না শামু মচিল হেক্তা তেংথোক্‌না মাগী মশা'নৌ তালোইবু কৌরতুনা রা হাযরকলে; "হে-ইশা'নৌ ঙসি কোরে সুম্নিং অসিদি ঐগী মোংবা শঙ্গায় সুংদগী মপাল খক্ থোকক্লাবোই, হায-রতুনা মাগী মথ লেন মমালগী মচা মশানৌদা পাউমেল্লাওঙে মতম অতুমক্তদা খোইয়ুম নোংদল পাখংবনা রাহোমরক্লে।" 'হে-নমু তাইবং নতিক চাউই হায়তুনা খোইয়ুম ঐগী কাইদোং ওইনরীবা কোঙ্‌য়াঙ্‌ রাবু তাইবং ন'না খোইয়ুম ঈপাউ হংদনা তাইবং নংনা ননিং নখা তমনা কোঙ্‌য়াঙ্‌ রা মাবু য়ানবদি নংগা ঐগা হুয়েল লাল থেংনবা তারেদো, নথুক্তা খুংলাই পারো।" "হে-তাইবং * ঈমুং লেপতবা রাখলনা চোইজায়ননা থনগমু তায়াং-তায়াং তাশোয়নগমু নওনা ঙমলে ঐনু য়াইবী লোও। খোইয়ুম ঐনা ঙমলে তাইবং নওবু য়াইবী নাথরাই মুংথংকে শামু শামাই লৈকরোইয়ে।' খোইয়ুম নোংদেল পাখংবগী অয়াকপা তমথীরবা রাহৈনা লাওতুনা ঙাংলকপা অতুবু তাক্লরগা মাইচৌ মাগী পাইমা

* ঈমুং লেপতবা :—পুক্লিং লেপর্তবা রাখল মাফং-মাফং চংপা পুক্লিং পলেপ্পা লৈতবা।

শীবুক থোইনা হেন্না অমুক শাউখিত্না পাইমা পূক্কিংদা খোইয়ুম লাই পাখংবনা য়ুম অংদগী মমাংথোংদা ময়া লাউনা কাথোক্কুনা ভাইত্না লৈথরে। মবমদ খুমুলৈরিজম্বা মাইচৌনা মপাল হেক থোক্লকপদা য়োংকদবগী লৈরক্লে। থৌদোক অত্থু মাইচৌ মানা খংলত্না পাখংবগী য়াইবী রৌরগে খল্লত্না, 'করাং খোক্তী খোকলাব মৌবী নাপ-খোকপু মখুংশু খুত্তুম চেংনা পায়ত্না নোংদেল লাইরেল পাখবগী মমাংদা মাইচৌ মানা মখুংশুবু খুতম চেংল্লা পাইরগা খুংলাই মাংওইননা হুয়েল লাংলগী খোলাউবগা লোইননা চোং-থোকলক্লে।' খোইয়ুম পাখংবা মানা খুংলাই অত্থু উবদগী অকি-ত্তুজু নখিনবনা শমু শামাই লৈবত্না চেলবে নমু তাইবং অসিবু মানা য়াইবা লৌগ খলখিবা ঐদি অরেম্বদ ওইরে! খোইয়ুম নোংদেল লাইরেলনা শমাই লৈরত্না লাল-জ্রেল মাংওইনত্না চেলক্লে; কোবৌ অত্তগী ওমিং অত্থুদা খোইয়ুম লাই পাখংবা মনা মাগী য়াইবী থরাই মুংলগনি হায়গী কিখিবনা য়াংদৌ-লম-শাং চেলক্লপা অসি পোইরৈ অসিগী মনুংদা কাদোম পাংনা চেন-খিবনো হায়রবদা। লমলেন কোর্ব্বাক্তা পাং তারকতুনা লমলেন খোয়রিদাক তুরেলদা ভাখিয়ে। খোয়রিদাক 'হুইহুংখাও লাংদুনা লমলেন লোক্তাক লোমদা চেনশিল্লক্কুনা লাইজ ঈপাক তমলক্লে, পাখংবনা চেনফম খওদ্রবদা নমু তাইবং কীবদগী শমাই লৈত্থুনা চেনবমথৈ চেল্লমলগা চেনবা ওমদ্রত্না খুমুলৈরিজাম্বা মাইচৌ মানা পাখংবা ঐবু ভুকশোই-শোইদনা মাগী মখংও 'খোইয়ুম লাইবু ওমলবা য়তিক ময়াই খিবীকনা পুলরবা মনুং মুংজেং শিল্লা খোব

তিমেল তাদি য়াইপুবা অসিনা ঐগী য়াইবী লৌখিবতারে। মরম অদুনা ঐ লোৎতবা য়াদরে হায়দনা লাইজ ঈপাক ঈয়াই লোমদা চেম্থাখিদুনা ঈবোলমুংদা খোইয়ুম মাদি থুপচানখিরে; তাকনা-তাকনা ঈমু (= ঈশিং-ঈমু) চন্দুনা মাংখিরমই। খোইয়ুম পাখংবা মাগী থোকখিবা খোদোক অদুদগী লাইজ ঈপাক মফম অদুবু হৌজক ফাওবা পোইরৈ চাদোল নাওতানা তাকমু হায়না কোলোয় মীংকৌনরি।

## লোক্তাক ময়াইদা লৈবা চীঙ খরগী মমিং

তাকমুগী দি খল্লবা শমতাক্তীস্থ নোংচুপনে চীঙ অদুগী মমিংবু 'য়োশুলাকপা খোদেম চীঙ কৌই।' চীঙ অসিগী অরাংদা নূরাখেল চীঙ লৈ। চীং অসিগী অরাংদা অমুক্তা 'তমবা চীঙ লৈএ।' মদুদগী সেন্দ্রার চীঙ তাখে।' খাদা নমবা চীঙ লৈএ; নমবা চীঙগী নোংপোক 'লাইজী মৈরমদা খোঙজাই ঙম্বা চী লৈরে। চীঙ তরেৎ অসিগী নোংপোক্তা লৈথম তাক পাংলৈ। প্যাং অসিগী খাদা কেবুল লমজাও লৈএ। কৈবুলগী চীঙখৈ থংবদা কমবোং-ফাবী লৈএ। মদুগী অরাং থংবদা খোইরোম চীঙ লৈরে; চীঙ মচা কয়ামরুম্বা লিরুংগী মঙং মতৌগুম্বা কোইতক্লনা লাইজ ঈপাক অসিদা মতং মতং অমদি ফুঙগা নূঙচুম শানা লৈবগুমনা লৈএ। চীঙশিং অসিবু অমুক লাইজ ঈশিংনা ইকোই কোইশিল্লি; ঈপাম্থাগী মতমদদি মীপুম থূদিংমক্তা মফম অদুগী চীঙ দোল অমদা কাখত্তুনা য়েংলবদি লমহাং লমজাও নিংথীবা লাইজ ঈশিংগী অরংবা

কয়ামরুম্বু, মাইকৈ অময়োমদনা কম্বোংনাগী অশংবা মচুতনা পুমশং শংলবা অচুগী মথক্তা মালংবা মুংশিংনা লি-রি চৈথেং পীরবদা কমবোং ননা তাংথক নাইনা লেং-লেং চৎপনে, লাইজ ঈশিংনা মুরৈনবা অমদি লুপাগী মচুগুম্না পুমলং লংনা মরক মরকতা ভৌরুনবা কুচুনা পূক্লিং ছুনিংঙাই ওইরবা! পুক্লিং ইনৌতা নৌবগী মচাক অমা পোকহল্লি। য়েংবগী পেনবা নাইত্রবা লোক্তাক্ ঈপাকনি।

## সেন্দ্রা চীঙ্

কেগে লোইরেল সনা মপুং ময়োলদা ঈরাং পূরিৎ লাই ফাও ফাও পোংলেল্ হনবা নিংথৌনা পানবা মতমদা লমলেন মোতরাংগী মুঙজেং হাথা.ফমদগী লোক্তাকী লাইজ ঈপাক ঈয়াইদা বাকয়ে হীয়েল তোংহুনা মনাই মশনগা লোইননা সোইকম য়েংবা চৎপদা নিংথৌনা লাইজ ঈথৌ লাংলবদা নিংথৌগী নিংথিরবা লৈরোং মথল-মথা কয়ামরুম্না হকতুনা শেমলবা অউবা মীপুম খুদিং-মক্লা পায়নিংঙাই ওইরবা "চাইথা সেল্" অমা পুরমই ; চাইথা সেনবু নিংথৌ মাগী সনা থুংনা পায়জদুনা লাইজ ঈশিং অরুববু কল্লা কল্লাহুনা * ঈমু চিনদমলক্লে। থোইয়ুম মাগী নোংদম্না কনখি-কনা চাইথা সেল অদো ঈরাং পুরিৎলাই নিংথৌগী শামু মথুং-মকতগী লাইজ ঈয়োলমুংদা কোক্ হেক্ তাথোকথরে। লাইজ ঈশিং অহুদগী চাইথাসেল (=চাইসেল) অত থিবা ফংদরে, লাইজা

* ঈমু চিনদমলক্লে= ঈশিং থকলমই হায়বনি।

ঈশিংনা লুবনে, লাইজ ঈবোলমু-না ল্বনে মবম অদুদগী মফম অদুবু চাইথাসেল তাখি হায়দুনা চাইযা সেল মাগী কোলোয় মীংশেনবু লৌরদুনা "লমলেন সে-ত্রা ঈর'ই কোল্, হাষনা ঈৰাং পুরিৎ স্নাইনা লমদম অদুবু কোলোই মিংহলখিয়ে।"

## য়ৌশুলাকপা খোদেম চাঙ

সেলগী কা-চুপ চুম্না লূম্মাং শমলাং তাবুল চিনবা, চরৈ ফীভাং শেৎপা পূনাশি খূরেল চনবনা। লাংভোল লোইরগুনা মো-বা মরানয়াইদগী মমাই নোংপোক পাঙনা (ওয়া) চংখিদুনা লোক্তাকী খা-চিদাইদা লৈবা লোইবা চীঙমচা অমগী মতোল লোম্না কাখৎখিদুনা মাইকৈ মরিবু য়েংলক্লে। মতমদি অহিং নোংভাল-লমদাইনি, শজিক্রা ঈনিং হুনবা কাল্ থবানা মমৈ ৱাইবক্লে। তোরবুঙগী খাঙ্গোল অই-বা তৎ-তানা তাংথক্ নাইবা ঈ-পান্না লিরি খোঙদোয় হুমলকলে। মালংবা মানা চৈথেং পিবদা লোক্তাক্কী লাইজ ঈপাক ঈয়াইদো, ঈথক-ঈপোম চৌ-রক্লে, মতম অদুদা য়ৌশুলাকপা নিংথৌনা মহৌশাগী ওইজনবা মীওইবগী খুৎশেম নত্রবা। মতম মতম অদুগী খোঙ্লৈ নীংথিববু উরুরগা ৱাশক পইরগা লোইননা লোইবী চীঙদোল থকতুদা অসুম্নদি ৱা হায়রক্লে। "হে-তাইবং শেম্বীবা মপুও।" খোইয়ুম নোংদম্বা; নমু তাইবং ঐহাক অসিনা মীবমবা কনাগী মফমদা, অলাল্‌বা লৌথুপ্ লৈত্রবা নিপানক্তা ওইরবদি ঐনা খোদেম্বদা মালং ইচিক থেম লাইজ ঈপাল লাংলীবী চেক্লা মখৈমু ঐগী য়ারা

খোম্বাং খোদেমবা অসিনা হেক্ তাবদা লোক্তাক্ ঈশায় মাপলগী মন্নুংদা চাক্তাজবী চেক্লা খিবীক নখোয়বু ঐনা খোদেম্না অসিদা "চেক্লা শঙবু মতম অমুকুদা চেক্লা মখৈনা নোংমদোল থক্তা পাইখৎক্লবদি তাইবং ওইবা ঐ অসিনা অমুক্ হন্নক্কুনা ইয়ুম কেংগ মোইরাংদা ঈপোক্ লাংওলক্লখিনিযে।" অসুম্না রাশকপাগা লোইননা চীঙ্দোল্ অতুদা খোদেমখি, মতম অতুমক্তদা লোক্তাক্ ঈয়াইদা চাক্তাজবী চেক্লা শঙ্ কয়া-মরুমসু, মতম অমুকুদা মিং-কুপ্পা, চেক্লা গুরং-ডরং লাওবা খোঞ্জেলনা লাইজ ঈপাক ঈয়াইদগী পাইখৎখিরমই। থোদোক্ অতুদগী চীঙ্ অতুবু ঙসি ফাওবা যৌশু লাক্পা খোদেম চীঙ্ হাযনা কৌনরি।

মফম অসিদা তাক্মুগা ভমখৈ লোইরে, ( =খৈরে )

# কক্য়েল মীওম্বা

মখণ-ওঙ্বা নারেং-থাং ওাইরুক ভম্বা চীঙ্নি, "এনখৌ উরোং য়ুংবা চীঙ্, শাগং পরেং থোঙনা চীঙ্, তাওবা হুইলেল্ এনথোঙ চীঙ্, লোকমায় মাপল ফাংবা চীঙ, চীঙদোল মাপল লোঙবা চীঙ।' তাওবা হুইলেল এন্থোংখিবা অসি কক্য়েল পূকথাউ নিংথৌগা কক্যেল মীওম্বগা নিংথৌ অনি মরুপ শান্নৈ। মক্য়েল মীওম্বনা লোক্তাক ঈয়ায় মাপল ফাংবগী লাইজ ঈরোলমুংদা লৈরিবা লেমলৈ ভাবু অমত্তা থাক্তনা ফাদুনা চাথোকখিয়ে। তমখিরবা কক্য়েলগী লিচৎ অতুবু থুমুলৈরিজাম্বা মাইচৌনা নমু ভাইবং খিবীকী চহী লাংওল কয়া কম্না চিঞ্জাক চাজগদববু, কক্য়েল মীওম্বনা লেমলৈ ভাবু মরু ফংনা মাংননবা লোক্তাক ঈশায় মপল

অসি লেমলৈ ঙা লৈতবা তারে হায়দুনা মাইচৌ মাগী পাইমা পুক্লিংদা কক্য়েল মাবু থমথ্রোই কক্য়েল মীওম্বা মহাক্না ঐহাক্নদি শরি পন্দোমনদুনা মানা য়াবগদি তানখিগে য়াদরবদি মাবু ঐনা, মাগী য়াইনী মথরাই মাংহল্লগেদো। অদুম্না থুমুলৈরিজম্বা মাইচৌ মাদি অশাউবনা পাইমা পুক্লিংবু নাইদু কিশি পরে চেংনা থমথরে। কোরৌ নোংমাগী ঙুমিং অমদা থুমুলৈরিজাম্বা মাই-চৌনা কক্য়েল মীওম্ববু কৌরক্লে। 'কক্য়েল মহাকসু মতম অদুমকতদা মাইচৌনা কোবা তারদুনা লোংপা অমদি থাংবা য়াত্রদুনা মাইচৌ মহাক্নী মমাংমক্তদা থুংলরে, কক্য়েল মীওম্বগা মাইচৌগা উন্নরিবা মফম অদুদি কক্য়েলগীদি ঙাচা পুংনে। ঙাচা পুঙ্ অসি ঙারু-ঙয়াং শারু-শায়াং মক্তানা অকিবগী মশক ওইনা পোকরবা মফম অমা ওইনা লৈ, ঙারু ঙায়াং ঙাক্তানা তাদুনা লৈবা মফম অসিবু লমলেন ঙারম চীও হায়না পোইরে চানা মিঙৌনখিদুনা ঙসি ফাওবা ঙারম চীও কৌনরি কক্য়েলনদি রাহং-জরক্লে।" 'হে-নমু তাইবং মীহেম্বা-ও! কক্য়েল ঐবু কৌববু কারি য়ারা হায়নিংবনো? কক্য়েল মপাও তাবদা মাইচৌ পাউথুম পীরক্লে।" 'হে-কক্য়েল নংবু ঐনা কৌবদি করিবুদি ওইগনি মরমদি নংবু মফম অসিদগী থাদোক্তুনা লোইবা চীওলোন মাপল অসি লাম্থোকতুনা অতোপ্পা মফম অমদা চংথরো; নহাক্না চংস্তরবদি নংবু সোয়দনা নংগী য়াইবা থরাই লৌগনি।" কক্য়েল মীওম্বা অদো মাইচৌগী রাহে তাবদা ঐনা মফম অসিদা লৈগে হেক হায়রুরবা অদু ওইরবদি নমু তাইবং অসিনা ঐগী

য়াইবী থবাইবু লৌখ্রবদি ঐদি অরেম্বা ওইরেদো ! লৈররোই হায়জবনা ঐনা ইনিং তমনা চংখিবনা ফবে, অমত্ত্ মঙাইরে মাইচৌ মাগী মফমদা মতম খরতদি লৈগেদি হায়জত্নুনা য়েংগে কক্য়েল মীওম্বগী পাইমা পুক্লিং অতুদা মঙল-মঙল রাখল তৌরক্লে। লৌনম তৌরত্নুনা মতম খরদি লৈত্তবা য়াদে খনত্নুনা অসুমনদি রাগী পাউথুম পিরক্লে, "হে-নমু তাইবং মীহেনবা-ও ! মাইচৌ নহাক্কী নফমদা হায়জরি কোবৌ মুমিৎ-শিংবুম খরনিদি লৈজখিগে মরমদি ঐগী য়ুম ইখোল অসি য়োম্বোক্কুনা মসিগী মমল অসিংপা খরা অহুতা পুত্নুনা চংচখিগে, তরেংকা শেনজা খরা পুজখিগে মাইচৌ-ও।" কক্য়েলবু য়েংলগা অসুম্নদি রা হায়রক্লে খুমুলৈ-রিজমবনা, "হে-কক্য়েল নংগা ঐগা শরি নামুং শোন্নত্নুনা মুমিৎ মশিং কক্কুনা কোরৌ মুমিৎ হুমনিদি লৈরগা মতুগী মতুংদা মিংকুপ অমত্তসু নংনা মফম অসিদা লৈবা য়াফরোই হায়রত্নুনা শরি রাশক্লরে।" শরি পান্দাম লোমনরে মসিগী মতুংদা খুমুলৈ-রিজাম্বা মাইচৌ মাসু মোংবা মরানরাইদা শামু খোংদোই তমখিয়ে। কক্য়েল মাগী পুক্লিং রাখরে, তৌফম চাফম খংদরে, মাইচৌ মাগী মমংদা রাশক পরৈ কনখিবনা ঐবু মফম অসিদা লৈবা য়াররোই খল্লত্নুনা অহিং অত্নুমা হৌখরে ঈমুংবা অদু ওাললবা মতমদা মহাক্কী মরূপ লূনা চাননা তিন্নজরবা অমা লৈরমই, মহাক্কী মফমদা ঐগী লম অসি য়োম্বোকলগে অশিংপা মমল অদুতা লৌরগে হায়না, পাইমা মুংদা রাখল তৌরত্নুনা মহাক্কী মরূপ অদুগী মফমদা চংখিরমই।

কোরৌ নোংমাগী মুমিং অমদা কক্‌য়েল পুকখাও নিংথৌনা মহাক্কী মোংবা মরানয়াইদা লৈরিঙৈদা, ককয়েল মীওবনা লাকপা অতু উরত্তুনা তারম-তরামবা ৱাহৈনা মাগী মরুপ (=মাতাও) কক্‌-য়েল মীওম্বু কোরকই। "হে-ইতাও নিংথৌ কৈদৌ নোংগীনো নহাক্কা ঐগী ঈফম অসিদা লাকপিববু করি ৱারম লৈবগে? ৱাগী ৱাফম হায়দোকও ইতাও; কক্‌য়েল মীওম্বনা পাউমেল্লক্লে, "হে-ইতাও কক্‌য়েল পুকখাউ নিংথৌ নহাক্কী নফমদা ঐনা লাক-পদি অসিনি ঐ অসি অৱাবা অমা তারে। ঐ মফম অসিদা লৈবা য়ারোইদৌরে; মরমদি থুমুইলরিজ্জামবা মাইচৌগা কক্‌য়েল মীওমবা ঐগা ৱাশক পাইরনরেদো, মরম অতুনা লৈবা য়াদ্রত্তুনা ঐ-চংপা তারে।" ৱাফম অসি তাবদা কক্‌য়েল পুক্‌খাউ নিং-থৌনা ৱাহংলক্লে— "হে-মরুপ মরুপপু মফম অসিদা লৈবা য়ারোই হায়বা ৱাফম অসিদি নমু তাইবংগী করি অকাইবদি তৌরুরে? কক্‌-য়েল মীওম্বনা থুমলকই মরুপ নিংথৌ ঐনা খরা অকাইবা লৈ মরমদি লোক্তাক ঈশায় মাপলগী মমুংদা হেক্‌ লৈরিবা তু-খোঙ্‌ অপুম্বাদা লৈরিবা লেমলৈ ওাশিং অসি অমা ফাওবা থাক্তুনা ঐনা তকনা ফাত্তুনা চাথোক্লে।" অতুদগী নমু তাইবংনা য়োকচবা কাওরেল ষণফাওবা চংরুবে, মরুপ ঐগী ইপুক অসি থনবা কৌবা লৈখিদরে অরাম খৌরাংবনা ঐ অসি তাইবংগী মফমদা লানখ্রে! মরম অতুদগী ঐবু মফম অসিদা লৈবা য়ারোই হায়ত্তুনা মাইচৌ মাগা শরি নামুংনখিয়ে। মফম অসিদা হেক্‌ লৈবা তারবদি ঐবু য়াইবী লৌখিবা তারবনি মরুপ নিংথৌ নহাক্কী নফমদা হায়জরি

মরমদি ঐগী কাইদোংক্ষম ওইরবা চীও অসি নহাক্না লৌবীগৌরো। চীও অসি য়োল্লমগে ? ঐ মক্ষম অসিদা লৈবা য়াদ্রবদুনা তৌবনি মমল মলতিক্রবা নচদে। ইতাও চীও অসিগী মমল লিক্কোল্ খুজিং খরা ইতাওনা পীবীয়ু, কক্য়েল মীওম্বনা অসুম্না য়া হায়্‌-জরবদা; কক্য়েল পুকখাউ নিংথৌনা য়াহৈ অসুম্না পাউখুমলংক্ল। "হে-মরূপলোই নহাক্কী নপাঙ্গালসু কল্লি, নরৌশিংসু লৈবনিনা মক্ষম অসিদগী চংখরবসু মক্ষম অমদা মুংঙাইনা লৈবীকবা য়াগনি মরূপক্কী করি য়াংকনি ? মরূপ নহাক্না হনদক নমু তাইবংগী মপোংপু চানিংঙি হায়দুনা খুং অনি থাদুনা পংচদা চাবীরেদো, তুংগী চাক-থোঙ্ য়েংবিহৌদরেদনা ইতাও ঐদি তরেংক্কী শেলজা পৈশা অমতসু লৈতরে।" ঐ-ক্ষাওবা মক্ষম অসিদা লৈবা য়াগনি হায়বা উদরে, মরূপকী তমথিরবা লিচং অসিদি ঐদি কথা পামজদে। অসুমনদি পাউখুমলক্লবদা কক্য়েল মীওম্বনা তৌবীগনু মরূপ "ঐগী চংজক্ষম কনা লৈত্তে নহাক্না চীও অসি লৌবীয়ু মমল মনতিকনবা নচদে ইতাও চীও অসি লৌবদা কৈরৈ য়েন অমসু থোংগে, তাওবা হুইরেন্ অমসু থোংগে, শাগং পরেং অমসু থোংজগে।" অসুম্না কক্য়েল মীওমবনা মাগী মরূপ কক্য়েল পুকখাউ নিংথৌগী মক্ষমদা হায়জরবদা; কক্য়েল পুখাও নিংথৌনা মহাক্কী তরেংক্কী শেল্ পুথোক্লুনা চীও অসিগী মমল ওইনা কক্য়েল মীওম্বা মথোয় অনি য়ানদুনা লিককোল খুজিং খরা পিনদুনা লৌহৌবা চীওনি। কক্য়েল মীওম্বা অসি অহাওবা লেমলৈ ঙাতা চাদুনা মুংঙায়জরম্বা মক্ষম অদুবু থাদোক্লুনা চংপা অসি চংনিংদরে; "কক্য়েল মাগী মপুক্লিং অদু মওল-মওল য়াখল্লক্লে,

নোংদোল থক্তা কোইনা পাইবামথে পাইত্তুনা চৎলূরগা অমুক মহাক্কী চাকত্তাফম শরূ-ভারূ মক্তানা ঈচাই চাইনা তারহুনা লৈবা মফম অত্দা অমুক হল্লকত্তূনা লৈররে।" ককয়েল মীওম্ব অসে মহাক্কী ভাচ পূও্ ওইরমবা মফম অম্নিদগী অতোপ্পা মফম অমদা চৎনিংদরে ; লোক্তাক ঈশায় মাপল অসিগী মত্থুংদস্থু লেমলৈ ভাস্থু লৈরকতরে। মরমদি ককয়েল মীওম্বা মানা নোংমা-নোমাগী চাথোক্খিবনা ককয়েল্ মীওম্বা মদি চাবা ফংলকত্রবদা মপুক অত্থু অরাম খৌরাংবনা লৈবা থাংওমদ্রবদা; "কেগে মোইরাংগী লমহাং লমজাওদা শজিক হানৌ চাজরিবা কাওরেল ষণশিং অসি ফা-ফাত্তুনা নোংমা-নোংমাগী চাশিক্লে।" তাইবং মী ফাওবা ফাত্রনা চাবা হৌরক্লে, 'ককয়েল মীওম্বগী তমথিরবা পোদোক অসিবু লৈপাক মীয়াম্না ককয়েল মাবু কিবদগী মপাল থোক্লদরে, লৈপাক মীয়াম অপূম্বা অরাব অমদি মীপাইবনা হা-হা কনা লাওমরে।' কনা অমাগী মচা ফাত্রনা চাখি, কোইনা চংথোকপা মী অমত্তস্থু ওমনদরে 'মোইরাংগী শা-ষণ ফাত্তুনা চাবা অমদি লোক্তাকতা লেমলৈ ভামিং থেমজবা ওমু খোইজাক্ তমজবা হৈকক্ খেলোং খোনজবস্থু কোইনা চংথোকপা মী অমতস্থু ওম্নদরে।' ককয়েল মাবু কিবদগী লৈপাক মীয়ামগী অরাবা খোঞ্জেল অত্থুবু, "থুমুলৈরিজাম্বা মাই-চৌনা তারহুনা, মাইচৌ মাদি পাইমা পূক্লিং মৈহৌরে।" অত্তগী নোংদগী মাইচৌ মানা থংগনিদো ককয়েল নংবু শরি রাশাক ব্রারেপনখিবা কাওরবোইদো! নমু তাইবং মীগী মথুৎতা ম্লাইবী মাংঙ্ তমথ্রবোইদো, "হে-চীওঙ্ নোংদম্বা শরি শোঃ ককয়েল নংতবূত্তদি থমথ্রোইএ, মালেম লৈকোই অসিদা মাইচৌনা হুইয়েল

লালগী চৈরৈ ফীনাচিংবা তননা শেংচিল্লে।" লীরুং তেন্দোং মথুংশুবু নমদা থোঙ য়াঙ্গোই শয়াংথক্তা তোংহুনা মাইচৌ খোং-দোই হুল্লক্লে। ককয়েলগীদি ভাচাপুঙ্দা থুংললে মাইচৌদা, কক-য়েল মীওম্বাবু লাক্পা মফম অহুদা ঙাইহুনা লৈরক্লে।

# য়োইমোম্বা তাওথীংমাং।

নোংমগী কোরৌ অমদা, য়োইমোম্বা তাওথীংমাং মচিন মনাওনা পোইরৈ লমলেন খারমদা তু-খোঙবু পেংবা লাক্পদা, লৈপাক মীয়ামগী অরাবা অমদি নোংমা-নোংমগী ককয়েল মীওম্বনা। "নমু ভাইবং-মী অমদি কাওয়েল যণবু ফা-ফাহুনা চাংক্লবদা লৈপাক্ অসিদা মী লৈবা ওমনদরে, মরম অহুদগী লৈপাক মীয়ামগী মীকপ্-মীরাওখোলবু তারুরগা য়োইমোম্বা তাওথিমাং মচিন-মনাও অনিনা ককয়েল্ মাবু থীরক্পদা ককয়েলগীদি ভাচা পুঙদা মচিন মনাও অনিমক্তা মফম অহুদা লাক্লহুনা, থুমু লৈরি-জাম্বা মাইচৌ মাগা উন্নরে।" কোরৌ অহুগী মুমিংতা মাইচৌনদি য়া-হংলক্লে, য়োইমোম্বা তাওথিংমাং নচিন্ ননাও নখোয় অনিদি করিগীদমক্তা ককয়েলগীদি ভাচা পুঙ্ অসিদা লাক্পনো? হায়রহুনা হাহোম্লক্লে; "হে-ঈপু! ঈশাবী-ঈশানৌ এখোয় অনিদি ওসি কোরৌ মুমিংসে ককয়েল মীওম্বা মাবু হুয়েল লাল্ খেংনহুনা মাগী য়াইবী মথরাই মুৎথকে, হায়দনা ককয়েল মীওম্ববু থীজ-রকপনি।" "হ-ঈপু-ও! নও এখোয় অনিদা মতিক ময়াই পীনবিয়ু, ককয়েল্ মাবু ওমজগে হায়রহুনা য়োইমোম্বা তাউথীংমাং

মচিন-মনাও অনিনা মাইচৌ মাগী মফম্‌দা থুকুউ মালেম্‌ লৈদা তা মথুংপু লোয়রতনা রা হায়জরবদা, থুমুইলরিজ্জামবনা মাংদা থোক্‌-খিবা তুংদা থোক্লক্‌দবা থৌরমবু থুংদক্তা থংবা ওমলবা মাইচৌনা তুম্মিন্না ওহাক্‌ লৈক্লরগা. য়োইমোম্‌বা পাওথোংমাং মচিন মনাও অনিদা মাইচৌ মথুংমক্তা লূয়েল্‌ মকোক্‌ত্তা নানবীরে; "হে-য়োইমোম্‌বা নশাবী নশানৌ নখোয় অনিনা তমথিরবা ফকয়েল্‌ মাবু য়াইবী মথবাই লৌবা ওমজগে পাইশ্মা পিবুক্‌ লেপ্‌লবদি, অহুন্নদি ওইরবদা নখোয় নচিন ননাওনা পাইরিবা নথুংগু অহুনদি কক্‌য়েল মাবু য়াইবী লৌবা ওমলোইয়ে নখোয় অনিনা নোংপোক্‌ মৈরম পাংনা থরা চংলগা লমহাং-লমজাও অমা লৈবনি মফম অহুদা, থালৈ লৌয়ানবী মীয়াই চনবী নুপী অমা লৈরমগনি।" লৈরমলিবী নুপী অহুদি হাওজবী নত্তে মওোন্দা রারম অপুম্বা হায়জৌ, কক্‌য়েল্‌ মীওম্‌মবু মতৌ করম্না মাইথিবা পিবা ওমগনি? করম্বা থুংলাইনা কক্‌য়েল্‌ মাবু য়াইবী মথবাই লৌবা ওম্বা নথুংগু থুংলাই পিনবিয়ু হায়দুনা য়াম্না কুপশিন্না পাওহংজহুনা নচিন ননাও অনিনা নিজৌও! নুপী অহুনা নথুংগুবু পিরক্লবদি নখোয়না লেপ্লমক্‌ কক্‌য়েল মীওম্‌ববু ওমলে থও্‌ও। "মাইচৌ মানা পাইশ্মা পিবুকমুংদা য়োইমোম্‌বা তাওথিংমাং মচিন মনাও অনি অসিনা চৌওগু থোইয়ুম্‌ নোংদম্বগী লাংঙোল্‌নি থংলহুনা।" কক্‌য়েল মাবু সোইদনা য়াইবী লৌরগনি হায়বা উরহুনা মচিন মনাও অনিগী-দমক্তা, হেক্‌ থংবমথৈ মাইচৌ মানা রাহৈনা মতেং পবিয়ে। "কক্‌য়েলগী ওাচাপুও অহুদগী মাইচৌ অমদি য়োইমোম্‌বা তাওথিংমাং

মচিন-মনাওগা পাওমেন্নরদুনা শেৎনা খাইনরে ; মাইচৌ মহাকস্ মমুম কেগে মোইরাংলোমদা শমু খোঙদোই তমখরে।"

য়োইমোম্বা তাওখিংমাং মচিন মনাও-অনিস্ মমাই নোংপোক্ মৈরম পাংনা য়াংগোইখিরমই। "মশাবী-মশানৌ অনিনা য়াংদৌ লমশাং কোইনা চৎলুরগা, মাইকৈ মরিমক্তা কোয়না-কোয়না য়েংলক্লে, মকম ঈখঙ্ খঙহৌদনা, লৈমরেল ; শাইয়োল নিংথিবী নূরা "পাম্বোইবী" ইবেম্মা নিংথিজরবা শকতমবু মিৎনা কুপ্পদা থাদোকতুনা, চৈরে নমথাং মনজুনরবা অমা শেক্তুনা খাল্লে লোয়ান্দুনা লৈরমলে।" মচা মনাই অনিনা পাইম্মা পুক্লিংদা অপাম্বনা ঈখৌ-লাংনা নিংজরিবা অদুবু থুংহল্গে খল্লদুনা খোইনুম নূরা পাম্বোইবী অসিনা, 'খরাই য়োং হল্লু অমবু ওন্দুনা লৈরমলে ; "হে-ঈশানৌ-ও! ঙসি কৌবা নোংজা অসি চীঙং তাইবং মপুনা ঐখোয় অনিমু য়ারো হায়দুনা তমলমারে, অসুম্নদি মচিন মনাও অনিনা অয়াবা মিপাইবগা লোয়ননা মশাবীনা য়া হায়রবদা মনাও অদুনা অতোপ্পা অতামবা লমদম লোমদা য়েংলুরগা অনকপা লোম্দা অমুক্ মিংয়েং শাংথৈরকপদা, খাল্লে লোয়ানবীগী মতৌগুম্ উরক্লে মশানৌ তাওথীংমাংনা য়াহোমলক্লে।" "হে-ঈশাবী-ও! ননাওনা মীয়াই চনবী কম্লাক কুরু (=তারবী) কারবী পল্লেন ঈমাগুম্বী অমত্তংদি উরিনে, ঐখোই অনিগী ঈনাক্তা য়াম্নক্না লৈয়ে ঈশাবীও ; মাইচৌ মানা তাকপীরকপা য়াকম অপুমবা শোইদরে।"ঈশানৌ-ও থীল্লগনো। (=ছপথরগনো) পাময়ালকম তাম্না য়োনবা লম-য়ারলো। হায়দনা য়োইমোম্বা তাওথীংমাং মচিন মনাও অনিনা

পম্বা তৌদনা মখোংনা চেনশিনখিত্না মফম অদুদা থুংলুরে। অহল্ ওইরবী শকওং শক্তম অদুবু উজরবদা, মুপী অদুগী মখোং মনাক্তা মখুউনা মালেম লৈদা-তা; মখুৎ লোয়্নদুনা মকোক্ নোন্দুনা অমুমদি য়াহায়রক্লে। "হে-পল্লেম শকপী ঈমাও! ঙসি কৌবা কোরৌ নোংজদা পল্লেম শকপী ঈমানা নচা অনিদা পাইমা পিবুকনুংদা থুপ্‌চানবীগনো পল্লেমও; য়োইমোম্বা তাওথোইংমাং ঈচিল ঈনাও অনিদা অপনবা লৈতনা পীনবিয়ু।" কক্‌য়েল্ মীওম্বগা ছয়েল্ তেমশিংনবদা কক্‌য়েল মাবু য়াইবী মথরায় মুংথংনবা হায়রদুনা মাগা ছয়েল লাল শেংনবদা পায়নবা ইখুৎশু মতিক চাবা অমতম্তু লৈজদে, মরম অদুনা থাং-তেল শানবা য়োং খরা পিনবিয়ু। "মরম অমনা কক্‌য়েল হায়রিবা উচেক্ অসিনা তাইবংবু ফারদুনা চারা মহাক্তা মপাঙ্গল্ অসিদি করম্না কনখিননো? মহাক অসিবু করম তৌরগা মাগী য়াইবী মথরায় লোয়্না ওমগদবনো? নচা অনিদা মপুং ফানা তাকপীয়ু পল্লেম শকপী ঈমাও! পল্লেমগী কোলোই মীংলেন্না করি কৌবগে? তাকপীয়ু থুপচানবিগনু পল্লেমও; য়োইমোমবা তাওথোইংমাং মচিল মনাওগী বাহৈবু তারুরগা "পাময়ানবীগী শক্‌তম ওইরিবী খোইয়ুম লাইরেম্বী মুপী অসিনা পাইম্মা পীবুকনুংবু পেল্লদুনা নমু তাইবং কম্নাগী অরাবদগী কোকহল্লগে নিংলদুনা অচুম্বা বাফমবু হায়রিরে।" "হে য়োইমোম্বা তাওথোইংমাং নচিল ননাওনা হংলবনিনা ঈমানা অথংবা বারম থরদি হায়রমগে নপুক্রিং চংনা তারোকো, নমা ঐগী ঈমংনা 'খরাই য়োং হলমু কৌই" ঐগী লৈফম্না নোংপোক

মৈরম ওইনা লৈরিবা চীঙ অসিদা পানবনে। অসুন্না য়োইমোমবা নচিন ননাও অনিনা কক্য়েল্ মাবু হুয়েল লাল্ থেংনগে নিং-লহুনা পাইম্মা নপুক্লিংবু লেপলবদি নমা ঐসু পুক্লিং অসি পেঙ্গরে ককয়েল মীওমববু শিনবগী রারমবু হায়গে নবপুক্লিং চংনা তারো পারিও! উচেক্কী মখৈনা মপাঙ্গল্ লৈরিবা অসিদি মাগী মশা শারুং অনি অহুনা কল্লি, মশা শারুং অমা কক্থৎলবদি নোং-মদোল্-থক্তা কৈদৌন্নুংদা পাইবা ঙমলরোই থংও, মখোং মরি পানবা শাশিংনা মপাঙ্গল লৈরিবা অসিসু মখোং অমতং রাৎপদা মপাঙ্গল শোলগনিয়ে। মীওইবগীদি মমিৎনা উরিবমখৈদি মপাঙ্গল লৈগনি মীৎনা উত্রবা মতমদা থুদোংথিবা অরাবা ওইগনি, কক্য়েল্ মাবু ঙমগে নিংলবদি মাগী মশা শারুং অহুবু তেলনা কক্থৎ-লবদি চেক্লা মানা নোংমদোল্থক্তা পাইবা ঙমলোইয়ে। "নথুৎশু তেন্দ্রী তেনজিন অহুমদং শাও মহুগী কোলোই মিংলেল্না তেনবী য়াইয়োইবা কৌই, থাং অমগা শাও থাং মহুগী মিংলেল্না থাংন্নুং -শাংবা ( =থাংন্নুংশম্বা ) কৌই।" "থাংন্নুংশমবা, তেনবী য়াই-য়োইবা; অসিবু য়োইমোমবা তাওথিংমাং নশাবী নশানৌ নচিন ননাওনা নথুৎসু ওইনা পাইরহুনা হুয়েল লাল থেংনরবদি কক্য়েল্ মাদি লাইরি খোইয়ুম লাইফাওবা ঙমগনি খঙ্ও।" থাংন্নু শম্বা তেনবী য়াইয়োইবা অসিদি থৌহু ন্নুংপাক্তা ন্নুংমাই শিংনা তক্লবসু লংবা কৌবা লৈরোইয়ে। মচুদি মুনা অহুম লৈগনি।

সে সে য়েংউ, "কোংবা তুরেল্ মরিল্ ইলনা নচিন ননাওনা চংলগা কোংবা মৈরোম্বী কৌবা মফম অহুদা থুস্ অমা

লৈরমগনি ১ক্ষম অতুদা য়োং ফংগনি, য়োংলেল্ মাবু নশাবী নশানৌ অনিগী, পাইম্মা নলৌশিংনা ফংজৌও।" থরাই য়োংহলম্নু অতুনা ৱাহেংমলক্লে; "হে-পারী অনিমক মপ্লেম লৈকোইদা তাংলবা য়োংলেননি, কোংবা তুরেলগী তুথুল মরিল্দা ৱাকয়ৈ হীরেলবু হনগৎনা ৱাকয়ৈ হোলগৎলো, নশাবী নশানৌ নখোই অনিনা কোরৌ খুদিংগী তরা চাকলেম্ থাক্পু অরেম্বদা মাংহলগম্নু ৱাকয়ৈ হীম্নুংদা হাপ্চলতুনা পুতুনা চৎলু চাক্ অরেম থাক্ অতুনা মক্ষম অতুদা কনবা লাক্কনি হায়না তাকপীরবদা।" য়োইমোম্বা তাওথাংমাং মচিন মনাও অনিমক্না পাইম্মা পুক্লিং হৃরাওতুনা পল্লেম শকপী ইমাও ঈথুৎশুবু শানবা য়োংলেল্ মাদি ফংজলগে হায়দনা মচিন মনাও অনিনা মকোক নোম্না মরু লুক্না খুরুমলিগৈদা (=পুনেমলিগৈদা)। "লাইরেম্বীনা মতীক ময়াই পীবীরমলগা মিৎনা কুপ্পদা মাংথোকখরে থুদক অতুমক্তদা।" য়োইমোম্বা তাওথাংমাং মচিন মনাওনা মিৎয়েং শাংথৈরকপদদি পাময়ানবীগী শকতম লৌরম্বী মুপী অতুদি লৈরমদরে। তৌরিবা থৌদোক্ অতুদা য়োইমোমবা তাওথাংমাং মচিন মনাও অনিনা ওকচাম্না থোক্লে; য়োইমোমবনা মশানৌ য়েংলতুনা ৱা হায়রক্লে। "হে-ইশানৌ থৌলগনো মক্ষম অসিদগী চৎনবা তৌরশি লৈরমলিবী মুপী অতুদি অচম্বা মুপিদি নত্তরে খোইমোম্ লাইরেম্বীনি ইচিন ইনাও ঐখোই অনিগীদমক্তা চীঙড় মানা নোংদমবীতুনা মতেং পীনবীরবনি হায়না খল্লতুনা য়োইমোম্বা তাওথাংমাং মচিন মনাও অনিনা মথুৎ অনিদি লোনতুনা মরুলুক্না; "হে-লৈমরেল্

শায়োল নিংথৌবা খোইমোম্ লাইরেম্বা নহাকনা নচা অনিদা পৌনবীরবা থাংমুংশংবা তেনবা য়াইয়োইবগী কোলোই মীংলেনদি ফংজয়ে।" নপারী অনিনা ককয়েল্ মৌঙম্‌ববু ঙম্‌জগে চরৈ ফিগাও শানা নিজরি পল্লেম্ শক্‌পী ঈমাও! অসুমনা খোইমোম্ লাইরেমবী অতুবু খুরুমলগা অমুক্ পম্বা তৌদনা, "কোংবা তুরেলনা ঈতাফম্ তুরেল অচৌবা খোঙ্‌য়াদা থুংলরে মচিন মনাও অনিনা, রাকয়ৈ হীরেল অমদা তোংরতুনা তুবী লাইরেলগুম্‌না থেকনা খোইনা চেললিবা কোংবা তুরেল তুখুল মরিস ঈলনা রাকয়ৈ হীদি থৌগৎলক্‌পনা লমলেন য়োংশৌ পুঙ, কোংবা মৈরোম্বা য়োরক্রবদা।" কোরৌ অঙালবসু নরল চলক্লে। য়োইমোম্‌বা মচিন মনাওনা পাইস্না পীবুকমুংদবু রাখল তৌরক্লে, খুল অসিগী হীথেল তাফমদা ঐখোইগী রাকয়ৈ হী অসি থাতুনা থমলসি মফম অসিগী অহল ওইবা মীওই খরা ঊনহৌদবা য়াদে, মরম অতুনা ঈশানৌ নহাক্না রাকয়ৈ হীমুংদগী চাকলেম্ মথৈয় অতু চরৈ ফিনা ঙমনা কুপতুনা চেক্‌শল্লা থমলো। নশাবী ঐনা খুল অসিগী মীয়ামদা রাহোম্‌লুখিগে হায়রম্লগা, খুলগং অতুগী অহল্ লমল মথৈদা য়োইমোম্‌বনা রা কৎলুরে, খুলগংগী ঈপা-ঈপলখোই ওসিগী অহিং অসিতদি খুল অসিদা য়ারেকচগে মম্‌শলক্লপনা ইচিন ইনাও ঐখোয় অনিদি মফম অসিদগী অতোপ্পা মফম অমদা চৎপসু খুদোং চাদরে হায়জরক্রবদা। খুলগংগী মীয়াম্ অতুনা হোইয়াররবদা (=য়াবীরবদা)' য়োইমোম্‌বনা রা হায়রক্লে; পম্মৌ খোই, ঐখোই ইচিন ইনাও অনিগী রাকয়ৈ হী অসিমদি

চনবা চিঙ্গাক মমল্ য়াম্লবা চেং হীবোং অসীতদি, খুল্ অসীগী তেক্পী-ওক্লেন্ ময়াম অসীনা চাখিদনবা ওসিগী অহিং অসিদি তেকপী-ওক্লেন্ মখৈবু ওককোলদগী থাদোক্পীগনো পম্থোখোই হায়জরক্লবদা লৈকাই অহল মখৈনা য়াবীরে; "খুলজা মীপুম শিল্লনা পাওথাং পিনখরে। ওসি কোরৌ অহিং অসিমদি নংগী-নংগী তেকপী ওক্লেন মখৈ থাদোকফারোয় খুল্লান্বা মীগী মচেং চারুরবদি খুল্জা ঐখোইনা শিংগনি মরম্ অতুনা নশা-নশাগী তেকপী ওকলেন মখৈ চেকশল্লা থমলো হায়দনা, খুলগী পাওজেল অকলবা ব্রাহৈনা য়ুমথোং খুদিংগী পাওথাংশিংনা পাওজেল-বদা। তেকপী ওকলেন্ মখৈ চেকশল্লা থম্লখিয়ে। অহিং তাংলৌ অথেংবদা মীচিক মীখোল্ তাদ্রবা মতমদা য়োইমোম্বা তাওথীংমাং মচিন মনাওনা খুলগং অদুগী য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী মীরমব কনা উহনদনা নাথুপত্তুনা; তেকপী ওক্লেন মখৈ মকোলদগী থা-দোক্লে। মতম অদুমক্তদা চাকলেম মখৈ তেকপী ওক্চাক্ ওইনরে, ব্লাকয়ৈ হীমুং অতু চেং চাক্লা পুমচাই-চাইনা থমলে ঈমুংবা অদো ওাল্লবদা য়োইমোমবা মচিন মনাওনা খুলগংগী মীয়াম্দা ব্লাকংলে। "হে-ঈপা-ঈপল মখৈসু য়েংবীয়ু ঐখোয়গী মমল্ য়াম্লবা চেং চাক মখৈসু নখোইগী তেকপী ওক্ মখৈনা ওসি অহিংদা ওম্না চাথোকখে, ঐখোই ঈচিন ঈনাওদি কয়াদা অৱাবা অমা ওইরেদো।" অসিগী মহুৎ খরা শিংবীয়ু হায়রবদা, খুলজা মীয়াম্না ব্রা-খল্লনরবদা চুমই ঐখোইগী তেকপী-ওক্লা ব্লাকয়ৈ হী মপোং অমবু ওক্লা চাখু-বনিনা নখোই নচিন ননাওনা সনা লৌগেরা লুপা ওইনা লৌগেরা

হায়দনা রা-হায়রবদা। মশাবী-মশানৌ অনিনা মতুম্ তাদে, লুপা ওইনা লৌবীয়ু মতুগী মমল্ ওইনা হায়বস্ত্র য়াত্রবনিনা। "হে-য়োইমোম্বা তাওথীংমাং নশাবী নশানৌ অনিমক্তা খুলগংগী মী-য়ামা হায়জরী, নখোই শাওরগনো নখোইগী চেং চাক্ অতুগী মচুৎওইনা নোইম্নু-থুম্মায় নিংথীবা চরৈ ফীবু নিংথীরবা কয়ামকুম্না নখোইগী রাকয়ৈ হীবোং থম্না লৌবিয়ো। অতু রাবু হোইয়া-বীদেয়ে।" অতু নোংদগী খুলগংগী মীয়ামা, য়োইমোম্বা তাও-থীংমাং মচিন মনাওদা রাহোমলক্লে নখোইনা অপাম্বা পোৎকী মীংলেন হাইয়ো হায়রক্লবদা; য়োইমোম্বা তাওথীংমাং মচিন মনাওনা সনা লুপা অমত্তা পাম্‌দে অতুগী মহুত্তা য়োং ওইনা খরদমক থাংলেন অমগা তেনজৈ অহুমদংগা শাবা ওক্লবা পীবিয়ু। পীবীগে হায়রবদি অসুম্না রা-হায়রক্লবদা। খুলগং অতুগী মীশিংনা য়োইমোম্বা মচিন মনাওদা য়োং পীবীখিয়ে চেং চাক্‌কী মহুৎতা য়োইমোম্বা তাওথীংমাং অনিনা য়োংপু ফংলবদা, খুলগংগী মীয়াম্‌গা থাইনরমলগা, মচিন-মনাও অনিমক্না মকমতুদগী হুলক্লুনা থীন্দনা মখুৎতুবু "খোইয়ুম থম্‌গাংবগী মিংথৈ লৌতুনা" "লৈমুং মুরি য়োংতুবনা লমলেন কমবোং পুংতা শাইলক্লুনা।" মচিন মনাও অনিনা মতিক্ চারবা মখুৎতুধু ফংজরবদা চৌওঙ্ খোইয়ুম্ লাইনা লেপ্‌নমক্ পীনবিরে হায়দনা পাইম্না পিবুক্‌তুংদা চৌওঙ্ মাবু নিংঙখিরে।

কংলৈ মপুংম্নাইদগী য়োইমোরবা তাওথীংমাং মচিন্ মনাও অনিম্ হুয়েল্ লাল্‌গী চরৈ নমথাং শেৎচলুলে, নমদা লিক্লং

তেনদোং য়ান্‌শিন্দুনা য়াঙ্গোই শগোল কাকবী অময়্-অময়্ তোংতুনা মশাবী মশানৌ অনিদি পোইরৈ খা খূমল লৈপাকলোমদা লাক্লগা খূমল্ থৌঙ্ মুংমাইদা থাং মাবু লাইজা খিকফেং চারতুনা মুংমাই-শিংনা ফেংলগা, কেগে মোইরাং পাংনা লমলেন লোক্তাক তমনা য়াঙ্গোই শায়াংথক্তা তোংতুনা খুতুপ হোত্তুনা চেলক্লে। "য়োইমোমবা তাওথোংমাং মচিন মনাও অনি অসিগী শকওং-শক্তম অমদি চাওংপাংনা মশক মতৌ ফঙ্জএ, পামবোম মরুগা ঙকশমগা চাউবা মায়, থবাক মতুম ওইরপ্পা থা-না চাউই মখাং চেংই অকনবগী ফীভম্, লাল্ কোক্ অতু পীক্তনৈএ শমলাংনা নিনিগী থাজগুম কোই-তক্লবা মাইথোংবু নিংথিজহল্লি।" লুতুংদা তাথরকপা শমলাং অতুনা লেংপাক্ কুপ্না রাই-রাই তানা ফজহলি। চরৈ মক্কিবু মতেক অমা-অময়্তা মশেংলি, চরৈ ফী-চুদি অমুবনি শামু হকচাংগী কুচুনা ঙাং-ঙাংনবা কুচুনি! য়োইমোমবা তাওথিংমাং মচিন মনাও অনিনা লমহাং লমজাওদা লাকপদা তিনমু লাইমু ফওবনা কিতুনা কাইতুনা চেনরে। মশক মতৌনা খোইয়ুম লাগুম্না ফজ্জে, মপাঙ্গলসু অকলবা মক্তনি মরৌশিংসু অশিংবা মকক্টীসু লৈবা থাংবা কনবা মক্তনি। লমহাং লমজাও অতুগী তু-খোঙ্ কয়ামরুম লানতুনা লাকপনা লৈতেমমানরবা মফম অমদা থুংললে, মফম অতুগী লৈতেম মানরবা হুপনৌতনা পুমশং শংলবা মনদা মালংনা রি-রি হুমবনে, য়োইমোমবা তাওথোংমাং নচিন মনাও অনিনা য়াঙ্গোই শগোল শয়াং থক্তগী মহৌশাগী থুংশেমবু য়েংলা য়েংলতুনা লোক্তাক খোংবাল তমনা য়াংগোইরকপনা। লীক্লং তেনদোং নমদা খোং

য়াদোই শয়াংথক্তা তোংরদুনা কক্‌য়েল মীওম্বু থীরক্লে। কক্‌-
য়েল মাদি থীবা ফংদরবদা অহিং অতুমা কক্‌য়েল মাগী ওচা-
পুঙ্‌দা য়ারেকস্তুনা লেল্লগা ঈনুংবা কোয়ৌ ভাললগা লোক্তাক
ঈশায় মাপলগী ঈরম খোঙলম অপুনবা কোইনা চংনা কক্‌-
য়েল মাবু থীরকপদা ফংখিদরে। চাও মচা অমাগী মতোলদা
কাখৎত্তুনা য়েংথরকপা মতমদা, কক্‌য়েল মীওম্বা অসিদি অহিং
চুপপা চাকত্তারুবগী কোইনা পাইরুবগী মশা-শারুং অতু কৌদুনা
মুংশা য়াইদুনা লৈবা অদুবু য়োইমোমবা তাওথীংমাং মচিন মনাওনা
কক্‌য়েল মানা মতু মমাল ইপোল্‌ পোল্লদুনা মুংশাবু য়াইদুনা
লৈবা অদুবু উরবদা য়োইমোবনা মশানৌদা বা-হোমলক্লে। "হে-
ইশানৌ; কক্‌য়েল মীওম্বা অসি লোৎখিনি নখ্ঙু লিরুং চেৎনা
পাইয়ো ইশাবীও; কক্‌য়েল অসি নশানৌনা তেননা থাদুনা তান-
থাইগে।" কক্‌য়েল মীওম্বা মানা নোংদোলথক্তা পাইখৎললবদা
মশা শারুং কক্পৎপিয়ু ইশাবীও! য়োইমোমবা তাওখিংমাং
মচিন মনাওনা য়ারী শাবা অদুবু কক্‌য়েল মানা তারদুনা তাইবং
মীখোলবু তারবদা তাইবং অসিবু কাদুনা চারগে নিংলদুনা, কক-
য়েল মাগী অকিবগী মশক্‌ ওইরবা মশা শারুং অনি অদুনা হুম-
লকপদা লোক্তাকী লাইজ ঈশিং ঈপাক্‌ অসি কক্‌য়েল মাগী
শহুম ফংবা মাইকৈদি ঈথক হৌরদুনা অঙকপা অমা ওইনা
খোকলে। ঈথক্‌ অদুবু উরুরগা অকিবা অমদি তুজু বা পোকহল্লি
মহাক্তী মশা শারুং অনি অসিগী হুমলকপা খোলস্তেলনা নোংদোল
অসি পুমনিল নিলখিরমই কক্‌য়েল মহাক্তী মতৌ অসি উবদা

য়োইমোমবা তাওথোইমাং মচিন মনাওনা মথুংগুবু খুড়ুম চেৎনা পাইড়ুনা লৈরিংঙদা মফম ইথং থংহৌদনা, নোংলৈ মুংশিংকা লোইননা ককয়েল মানা খেকনা লাও-খোংরহুনা পাইশিলক্লবদা মুংশিংকী মপৈ কয়া মরুমগা লোইননা অকিবগী মশক লোড়ুনা ককয়েল মাগী মশা-শারুং অনি অড়ুনা হুমজিলকলবদা; য়োইমোমবা তাওথোইমাং অনিদো মুংশিংনা ফুবদা য়ৌংলু অনিমক হায়ফেত্তং কুপলিঙৈদা ককয়েল মানা পাইশিলকড়ুনা। "য়োইমোমববু মচিননা চেন্দুনা অরা বা নোংদোল থক্তা পাইখিড়ুনা কোইপাই পাইড়ুনা ওহাক লৈরুরগা ককয়েল মাগী থাচাপুংবু য়েংলক্লে।" ককয়েল মীওয়ানা য়োইমোমববু নোংদোলথক্তা পুখংথিবা থৌদোক অড়ুবু মশানৌ তাওথোইমাংনা, ককয়েল মানা পাইরীবা মাইকৈদা মমাই ওনড়ুনা মশাবীনা পাইরম্বা মথুংগু তেনবী য়াইয়োইববু খুড়ুম চেৎনা পাইড়ুনা কাপকদবাগু মশাবীবু শোকৃকনি হায়বগী চিংনবনা তেল্ কাপতরে। নোংদোল থকতা ককয়েল মাগী মচিল্পনা চিকতুনা পুরিবা মশাবী য়োইমোমবদা মমাই ওনড়ুনা অপুমনদি তোইনা-তোইনা লাওরক্লে। "হে-ঈশাবাও। থাং মু শাংববু কাওকদে ঈশাবী থাং মুংশাংববু কাওকদে রাহৈ অসিবু নোংদোলথকতা ককয়েল মাগী মচিননা চিকত্তুনা পুরিবা য়োইমোমবনা তারড়ুনা, নাকল্দা য়েপলিবা হৈশোয় থাংমুক পিকপনি থোৱদি করি অমুক হায়রুপনি।" শমলাং মাবু ককপা য়াবা; হৈরী মপ্রাম শোইনা থাংদগীমু মহেলবা থাং মুংশংববু য়োইমোমবনা খুড়ুম চেৎনা পাইড়ুনা ককয়েল মাগী

মকোক অমদি মণ্ডকত্তা লাম-লামচুনা থীললবদা থোদোক অতুদগী ককয়েল অসি থাংগী চৈনাখোল কংলবদা অশাওবনা মৈহৌরচুনা ককয়েল মাগী ওাচাপুঙ্ য়ৌদনা নোংদোলথকতা নমু তাইবং মী অতুবু পুমনা পুমন্নোৎ য়োংখরে। ককয়েল মানা মশাবীবু য়োংখরবদা মশানৌ তাওথীংমাং মাদি পাইখ্মা পীবুক রাখিবনা মশাবীগী কাহনা মৈচাক্লা মিৎলু নপোম অনিদগী. তরং লাইজ ঈহৌনা নোংলেন্ খোংগুম মীকপলে। "তাওথীংমাং মানা ওহাক রাখল তৌরগা ককয়েল মশা শারুং ককথৎকে হায়চুনা তেনবী য়াই-য়োইববু খুচুম চেংনা পাইচুনা তেনগা থোংচুনা লৈরিভৈদা, নোং-দোলথকতা পাইরিবা ককয়েল মাগী মবুকত্তগী য়োইমোবা মানা থাং-মুংশাংবনা ককয়েল মাগী মখোইরিলবু লেম্বত্তুনা নোংদোল থক্তাগী মালেম লাইজ ঈপাকথক্তা তাখিয়ে।" য়োইমোমবা মাদি মশা কৈদৌদে, মশানৌনা লৈবা মাইকৈ অদোমদা চেনথৎলক্লে। মতম অতুমকত্তদা তাওথীংমাংনা মশাবী কাইনবগী মৈচাক্লা, "থাম্বী মৈহৌবগুম্না ককয়েল মীওমবগী মশা-শরুং য়েৎথংবা অতু তেন-কাপ অমুক্তাদা ককথত্তুনা লৈগাইথক্তা থাদথি, মশা-শারুং ককথৎখিবা শারুং অতুদি চৌওলক অচিনবা অনিগী কারক অথু-বদা তাখি, হায়রিবা মফম অসিগী লাইজ ঈশিং ঈচেল অতুবু থীংজলখিচুনা লৈখিএ।" ককয়েল মাগী মশা শারুং ককথৎ-খরবদা, নোংদোল থক্তা পাইবা ওমদরবদা মালেম লৈমায় থকতা হাইথচুনা তারবসু ককয়েল মশা কৈদৌদে শীখিদরে। য়োই-মোমবনা মশানৌ তাওথীংমাংবু কৌর কৌরচুনা নশাবী কৈদৌদেয়ে

নশাবী কৈদৌদেয়ে হায়দনা মশানৌগী মনাকতা লাকলবদা মশা-
বীনা য়াহংলক্লে। ঈশানৌও ; ককয়েল মীওমবা অতুদি কদোমদা
পাইখরে, ককয়েল মাগী খোইরী মুংশাংবু নশাবী ঐনা থাং-মুং-
শাংবনা ককথংখরে। মশানৌ তাওথীংমাংনা মশাবীদা পাওদমলে,
"হে-ঈশাবীও, কক্য়েল মাগী মশা শারুং য়েংথংবা অমদি কক-
থৎলে, মশা অতুনা চীওলক অমদা তাখরে শারুং য়াওজ্রবা কক-
য়েল মীওমবগী মশা অতুনা লোক্তাকী খাথংবা লমজাওদা তাখরে।
ঈশাবীও; য়োইমোমবনা মশানৌগী মপাউ তারুবদা অমুক পম্বদনা
ককয়েল মনা লৈথিবা মক্কম অদোমদা য়োইমোমবা তাওথীংমাং মচিন
মনাও অনিসু মখুৎশুবু খুতুম চেৎনা পাইতুনা কক্য়েল মানা লৈরিবা
মক্কম অতুদা য়াঙ্গোইলকতুনা থুংলবদা কক্য়েল মীওমবদি শিবিরম-
দরে, থোদোক অতুবু উরুবগা য়োইমোমবা তাওথীংমাং নচিন
মনাও অনিদো ঙাকচাননা থোকলে, মরমদি ককয়েল মাগী মতৌ
য়েংবদা অঙকপা থোদোক অমা ওইখরে। ককয়েল মাগী মখোই-
রিল থীরেল্ লিনশাংসু য়াউদরবদা মশা শারুং নাম্মুসু য়াওদ্রবা
থা-ংমুংশাংবা অমদি তেলবী য়াইয়োইবগী চৈনাখোল ফংলবদা নমু
তাইবং মনাক নরুবা য়াদরে। কক্য়েল মাদি খেকনা-খেকনসু
খোঙই কাহেন্নসু কননা চেললি, থোদোক অতু উরগা য়োইমোমবা
তাওথীংমাং মচিন মনাওনা ককয়েল মীওমববু তেনবী য়াইয়োই-
বনা মখোও ওইথংবা অমসু তেনকাপ অমুক্তদা কক্থৎলে। মখোং
নাম্মা য়াউস্রবা কক্য়েলবু তাওথীংমাং মচিন মনাও অনিনা কক্-
য়েল মীওমবা অতুবু চোংশিল-চোংশিন্দুনা থাংনা য়াল্লবদা

অতুফাওবা মদি শিবিদরে। কক্‌য়েল্ মানা খেক্লা খোংবা অমদি মখোং নাম্মা অতুতনা চোংবা অমদি হাইছমবাদা তৌ রাংনা পোপ্‌তেক লোনবা মফম অত্রুবু ককয়েল মাগী মশা শারুং নাশ্মনা ফুবদা পুমতোই তোইরে, মফম অতুদা য়োইমোমবা তাওথীংমাং মচিন মনাওসু ককয়েল মাগী য়াইবী মথৱাই অতু থানবা হায়দনা মথুংশু থুংলাইনা মশিং কম্লামরুম হন্না-হন্না য়ালবসু, ককয়েল মাদি শিবিদ্রবদা মতুগী মতুংদনি য়োইমোমবনা মাগী পীবুকনুংদা ৱাখল ওহাক তরেৎ-তরা থোকনা তৌরতুনা লৈরুরগা তেনবী য়ায়োইবনা তেনকাপ অমুক্তদা ককয়েল মাগী মমিৎ অনিমকতুনা নাক য়েংত ফাওনা কাপলে। থৌদোক অতুদগী কক-য়েল মীওমবা অতু মমিৎ উদ্রবদা মশা অতুনা মলেম লৈমাইথক্তা হিক্‌থননা তাতুনা লৈরে। ককয়েল অসি শিবদি শিদরি, কক্‌য়েল মাবু ফাতুনা মশা অপুম্ববু কনম পৈয়ানা পুনতুনা ফাজিন্দুনা, য়োইমোমবা তাওথীংমাং মচিন মনাওনা কাংকোৎ অমা শারতুনা; ককয়েল মশা অপুম্বা হাপচিন্দুনা মফম অতুদগী থারম পাংনা চিংথরক্তুনা, লমহাং লমজাও অতুদা উঙাম তকপগুম্মা চিংথখিতুনা লমলেন ঈথাই (=ঈথাই) তাখিতুনা তুরেল অচৌবদা তাররে। য়োইমোমবা তাওথীংমাং মচিন মনাও অনিনা ককয়েল অতুবু তুরেল অচৌবা মরিলদা থারম পাংনা পুথখিতুনা লমলেন শুগুম্নদা থুংলরে। মফম অতু য়োরবদসু কক্‌য়েল মীওমবা অসি শিরমদরে। "থৌদোক অতুদগী য়োইমোমবা তাওথীংমাং মচিন মনাও অনিনা মালেম লৈপাক তৌথোকত্তুনা, ককয়েল মীওমবদু কোম অক্লবা

অমাগী মনুংদা লংথনা মথক অতুদা থৌডু মুংপাক অমা নন্দুনা অসুম্নদি রা হায়রক্লে।" "হে-ককয়েল মীওমবা নংনা তাইবংদা অমুক লাক্লুনা তাইবং চিপ্পাকপু পায়রবদি নহাক্কী নথকতা থৌডু মুংপাক অমা নললিবা অসিনা হেক তুমলবদা নংনা মপোক লাং-ওল অমা ওইদুনা তাইবংদা লাকপা য়াগনি, থৌডু মুংপাক অসিনা তুমদিবা মথৈদি নহাকনা তাইবংদা অমুক হল্লনা লাকপা থক্ য়াঙ্করোইয়ে।" অসুম্না রা হায়রনডুনা ককয়েল মীওম্ববু লৈরোল চনখিয়ে। য়োইমোমবা তাওথোইংমাং মচিন মনাওসু ককয়েল মী-ওম্বাবু য়াইবী মথরাই লৌগনি হায়রদুনা শরি নামুংনখিবা অদুবু রাশক কোকলে হায়রদুনা পাইশ্মা পীবুকমুংদা চীওডু তাইবং মপুবু পুনেমজখিয়ে; য়োইমোমবা তাওথোইংমাং মচিন মনাও অনিসু মোংবা মরানয়াইলোমদা য়াঙ্গোইখে। ককয়েল মীওমবনা য়াইবি মাংলবদা লৈপাক মীয়াম্না পেনরে; লৈপাক অসিগী লৈত লাইরা মথৈসু লোক্তাক ঈশায় মাপল অসিগী মনুংদা এলাং কোমপ্রেক্ থীজবা চংনা থোক্লা ওমনরে। "ককয়েল মাগী মোং-ফমবু ওসি ফাওবা শুগুমুগী মাইকৈদা লৈরিয়ে।"

---

য়োইমোমবা তাওথোইংমাংগী মতাং অসিদি শমলপনা খজিক্লা পনজবনি লাইরিক মচা অসিদা য়োইমোমবা তাওথোইংমাং মশাবী মশানৌ অনিনা ককয়েল মীওমববু হাৎনম্নবা তেনবী য়াইয়োইবা থাং-মুংশাংবা (=থাং-মুংশমবা) অসিবু শানম্নবা য়োৎ অসিদি মতম অদুদদি য়াম্না তাংনা ফংবগী মওং অরিবা লাইরিক্লা থেংনৈ।

সনা লুপাদগী য়োংনা ভাংনা ফংবা মমল য়ামবা পোংশক অমা ওইরমই।

ককয়েলবু উতাম তকপগুম তকত্তুনা চিংথখিবা মফম অদুবু উতামলেন হায়না পোইরৈ চাদোল নাওতানা খংনরি। ককয়েল গাবু য়োইমোমবা তাওথোংমাং মচিন মনাওনা ফাখিবা মফম অদু-বুনা ককয়েল ফাবা কৌখিরমই, মফম অসি হৌজিকফাওবা লৈরি "ককয়েল ফাবা হায়রগা খংনরি পোইরৈ চা নৌতানা।"

---

কেগে লৈপাক লোমদদি ককয়েল মীওমবা মনা লৈখিদরবা মতম খরগী মতুংদা চীঙলক্ অচিনবা অনিগী কারক্তা; ককয়েল মীওমবগী মশা শারুং অমা তাখিবা অদুনা লোক্তাকী লাইজ ঈশিংবু থিংখিদুনা চেম্বকম লৈতরদুনা লাইজা ঈপাক ঈমৌরে, মরম অদুদগী মোইরাং খুনচেপ্ মাপলগী মীয়ম্না, লাইজ ঈশিং অসিনা নোংমা-নোংমাগী লোক্তাক অসি লাইজ ঈহৌরকপা অসিনা কেগে মোইরাংগী মীয়াম্না অৱাবা অমদি মীপাইবনা ঐখোইবু ঈশিংনা থুমদুনা লৈফম লৈত্তবা তারবরা হায়দনা খোইরেল্ মশা পাই-বওম্না পুমনিল নিলখিরমই। মোইরাং খুনচেপ্ মাপলগী মীয়াম্না ঈৱাং পুরিং লাই লাইয়ু পুনসিবা (=লাইয়ু অতেংবা) নিংথৌ সনা মমাংদদি থুকুউ লৈদা তা, মরু লুকথনা ৱাকংলক্লে। "হে-মোইরাং নিংথৌ মপু লেলন লৈপাক মীয়াম অপুন্বা ককয়েল মাগী মাশা শারুংনা লাইজ ঈশিংবু চীঙলক অনিগী কারকতা থিংদুনা লৈবনা ঐখোইগী লৈফম চাফম খংদয়া অৱাবা অমা

ওইরে ঈনিংথৌও।" অসি বাবু হায়রকলবদা, নিংশৌনা অরাম্বা তারবা অমদি থুদো'থিরবা অত্থদগী কোক্‌মন্নাবা হায়দনা মহাক্কী মদাইরেম ফমনাইবা কয়ামরুমগা বা থন্নহুনা লাইজ ঈশিং ঈমৌবা অসিবু য়াম্না থুনা ঈকংনবা তৌদবা য়াদরে হায়না সনা য়াথং পিরক্লে। হয়েংগী কোরৌ মুমিংতগী লৈপাক মীয়াম্না য়ুমথোং খুদিংগী তমবা নিশা লৈবা মথৌ, অমমম্না নশা-নশাগী নখুৎ-চাবা নখুংও খুংলাই অমদি বাকয়ৈ হী পুত্থুনা য়ুমথোং খুদিংদগী তমবা নিপা অমম্মা থোকরকত্তুনা লোক্তাক খোংবালদা থোক্‌-লক্কবা তমবা অত্থদি মপু সনা য়াথংবু থৌওইদরবনি বায়েল থৌদা মপুগী চৈরাক মতু ইন্না। "লোক্তাক ভামীং থেমনগে; চকৃপী উচান খারনহলগে, ভাবাং খাওদা নমত্থুনা অভাং ওন্‌হনবা তাই। কেগে মোইরাংগী খুনচেপ্‌ মাপলগী মীয়াম অপুমবা তাদবশু তাহোরো। খংদা উদবশু খংহোরো, মপু সনা য়াথংনে অসুমনদি নিংথৌগী মনাই অওম্বনা য়াম্লোই শগোল তোংলত্থুনা লৈরক খুন্নক্‌ অয়ামবা মকম খুদিং য়ৌনা চৎত্তুনা পাওথাং য়ৈনা পাউক্লেললে; ইমুংবা অত্থু অমাঃ লেললেদো ইমুংবা শিন্না ভাললবদা কৈরৈ এলদি এনথোও তমলক্লে। "হে-কোরৌ অঙনবা নহাক্কী নশেক নওাল নিংথৌববু, মালেম ভাইবং অপুমবদা লৈরিবা মথন্নাই পানবা অমদি লেংল্লি পাল্লিবা পুম্নমক্তা অচাল মীচাল থাইদনা কোরৌ অঙালবা নহাক্কী শককম নিংথিববু উহনবীরে ভাইবংদা।" "হে-কোরৌ অঙালবা, নমু ভাইবং মীওইববু মভিক মন্নাই পিনবিয়ো হায়রত্থুনা পুনেমজরক্লে।" কেগে মোইরাংগী লৈপাক মীয়ামনা,

অমুক্তী ম্বেন্দ্রা অঙনবদগী তরা চাকঙস্ চায়গা লৈপাক্তীদি অম্বাবা, কোক্নবা; নিংথৌগী সনা ম্বাথং মতুং ইম্না লৈপাক মীয়ামস্ মাগী মাগী মথুংশু চবা খুংলাই অমদি ম্বাকৈয় হী পুন্তুনা লোক্তাক্ খোঙ্বালদা লৈপাক মীয়াম অদুনা অমগা-অমগা ভাইনতুনা মনা-মনা পাইনয়কপা মথুংশু খুংলাই অদুদি কনা অমনা তীমেল তা পাই কনা অমনা খক্নিং তা, থাংনা কৃমলেল্ থাংজাল্ থাংজ্রো শিংজং অমদি পুংগল লীরুং অসিনচিংবা মথুংশু মথঙ-মথা কয়া-মরুমগী খুংলাই পাইনয়কই। লৈপাক মীয়াম অদুনা পুননবা মপুং হেক্ ফাববা মতম অদুমক্তদা নিংথৌগী মনাই অঙম্বা, "শারুংহনবা" অমদি "ভারুংহনবা" অনিনা লৈপাক মীয়াম অদুগী লুচিংবা অমা ওইনা মীয়ামগা লোইননা ম্বাকৈয় হী তোংয়দুনা "লোক্তাক্কী লাইজ ঈপাক লোমদা মীয়াম মথৈ থৌদোকলক্লে।" ম্বাকৈয় হীয়াম অদুগী মথক্তা খুংশু খুংলাই থাং—তাগী মচিল মতোল্ অতুম্বা পারবা, থৌরবা লংজবা খুংশু-খুংলাই মক্তনি। খুং-লাইশিং অসিগী মতোল মম্না অরংবা অদুদা কোরৌ মাগী মশেক্ মঙালনা রৈবদা নোংথাং কুপ্পাগুম্না পুমলং লংখরে। লোক্তাক্কী লাইজ ঈগুং অদুস্ থাং তাগী মমি তাবা অদুদি কয়িদা শিংথান-সিগে, ফজবগী ওমথৈ লৈতরে। ম্বাকৈয় হীরেল তোংদুনা চংপগী মীয়ম অদুগী মীরাওখোল অদুনা লোক্তাক ঈশায় মপলগী মমুংদা চাকতাজবী লাইজ ঈপাকথকতা ম্বাহিপ্পী তাম্ কাংহ অমদি উমু তোথ্রা, কম্বাস্ নোংদোলথক্তা চেক্লা শঙ্গু-শঙ্গু পাইখংলক্লে।" "নোংম্‌দোল অহাংবা থকতা তাম্ থজোং চেক্লাগী খোম্লেলনা

পুম্নমিল নিনথিরমই; করি অমুক হায়রগনি ফজবা কয়ামকল্লা লৈতেংলমই।" মীয়াম অহু অসুম ৱাকয়ে হীরেল কয়না লুচিংলবা ৱাকয়ে হী কয়ামকল্লা হোন্দুনা লাকপনা চৌওলক্ অচিনবা অনিগী কারকত্তা ৱাকৈরে হীমখৈ থোক্তিল্লক্লে। মীয়াম অহুনা মকম অহুদা য়োরক্লবদা ককয়েল মীওবগী মশা অহুনা লাইজ ঈশিং অহুবু পন্দুনা থাংহুদা লৈরম্বা অহুবু লৈপাক মীয়াম অহুনা অওকপা অমা ওইনা উনরে। ককয়েল মাগী মশা-শরুং মতু ময়াম অহুনা ফুমথী ময়ামগা লোইননা, চৌওলক অথুবা অনিগী কারক্তা লাইজ ঈশিংবু থংচিনহুনা লৈরিবা মখৈ লৈপাক মীয়ামনা, অওমবা মপাঙ্গল মরোশং পুথোক্লুনা চেক্লাগী মশা মতু মরাম অহুবু ফুমলেল্ থাঙ্গোলনা মচেৎ-মচেৎ লেম্বতুনা লাইজ ঈপাক ঈয়াইদা ইম্বথরবদা; লোক্তাকী লাইজ ঈশিংনা কাহেননা চাউরমবসু ফরে, কেগে মোইরাংগী লৈপাক মীয়াম্না ঈশিংনা ঈনাও তারবদা লৈপাকী নিংথোনা মাগী পাইম্মা পীবুক পেললে। ককয়েল মীওমবগী মশা-শরুং নামমনা মতম থরা লাইজ ঈশিংনা থিংলমই হায়হুনা লমলেন মকম অহুবু ঈথিং হায়না কোলোই মিংথোলখিয়ে। ঈথিং হায়বা কোলোয় মিংলেন অসি কেগে নিংথৌ অমদি লৈপাক মীয়ামনা থোনখিবনি। হৌজিক ফাওবা পোইরৈ চানা ঈথিং হায়রগা থংনৈ।

হৌজিক "মুক্তাপ্ চৌও্" হায়রগা থওনরিবা চৌওহুম মচা অসিগী মতোন্দা য়োইমোম্বা তাওথীংমাং মচিন মনাও অনিনা হেনবী য়াইয়োইবনা ককয়েল মীওবগী মশাবু মশানৌ তাওথীং-

মাংনা তেন খুৎকাপ্ অমুক্তদা চেক্লা মাগী শরুংবু তেনবী ষ্লাই-ষ্লোইবনা কাপতুনা মালেম লৈমাই থক্তা ভাখিয়ে। চাওঙ্ অতুগী মমিংবু ; ঈন্নাং পুরিৎলাই নিংথো অমদি লৈপাক্ মীয়াম্না তেনকাপ অমুক্তা ককয়েল মাগী মশা শরুংবু ককথৎখি হায়তুনা মুকাপ্ চাওঙ্ হায়না পোইরৈ চানা কোলোই মীংহলবু তমখিয়ে। ককয়েল মীওমবগী মশা-শারুংনা লাইজ ঈশিং থীংদ্রবদা লৈপাক্ মীয়াম অপুম্বা নিংথোগা লৌননা, রাকয়ৈ হীরেল্ তোংরতুনা মুংভায়বগী ঈপাক্তা ভাওতুনা, নিংজবা খিবিকপু পাংথোক্তুনা মাগী মাগী মোংবা মরানয়াইলোমদা সনা খোংদোই তমলক্লে। অসুম তৌর-তুনা কেংগে মোইরাং মপুংয়াইদা থুংখিয়ে।

# থমং খোঙ্

কেগে সেনগ্রগী নোংপোক থংবা, ঈথীংগীদি শা থংবা, অতুবু থমংখোঙ্ কৌই।" চাওয়াদা থেকনা খোইনা চৎলিবা সেনদ্রাগী মফম অতুবু মোইরাং নিংথৌ লাইজিংগী মতমদা থপ্পা থম্বাল খিবীক্লা থন্না লৈকা ফলনা শাৎলমবা নিংথিজরব মফম অমা ওইরমই। মফম অসি মোইরাং নিংথৌ লাইজীংনা শোই চারমই ; শোইফম অসিবু "কদাং ভারুং হনবনা" শোই পান্নরমই। ঈরুস্থীগী অরাংদা থাংজীং কোম অচৌবা অমা লৈ, মফম অতুবু অরুবা লাইফম অমনি লোক্তাকী মমুংদা মফম অতুদা লাই অসিনা উতুপ ওইতুনা (=ওন্দুনা) তাওতুনা লৈগে মনিং-তম ; শম্বী

অকংবা নত্রগা মৈতাল্ অশিবা ওইনা লাইজ ঈপাক্তা তাওগে মনিং মথা তম্বা লাইনি। মফম অসি হৌজিকমক্তু মী কয়া চংনদে, হায়রিবা খৌদোক মখৈ অতুবু উরুরবদি মী অতু শিগল্লি।

## লাইফুম মকোক্

লাইফুম মকোক্ অসি "খোয়লাইগীগু" হায়গংপা য়ুরান্দগীস্থ অরাংনি। চীওহৌ ইরককৃম্থ হায়গংপা য়াঙ্গোই পনদোলগীস্থ থা-থংবদা কারাং লাইফুম মকোক লৈএ। হায়রিবা মফম অসিবু খোয়োল হাওববু মফম অসিদা মীরম্বা কনা থংহনদনা লৈপাক্ মীয়াম তাহনদা চরৈ থুপচাননা লৈবা-পূড্ অসিবু করাং লাইফুম মকোক্নি। হায়রিবা মফম অসিদা মোইরাং নিংথৌ চুইনিংগুম্বগী মমোম লাংলেন নূরা "কোম্নুনা" (=হাওবা-কোম্নু) লেমলৈ তা-কাবা লাকপদা "খোইয়োল্ হাওববু নূরা কোম্নুনা পাথও মাবু পুন্সিগী অহানবা শকথওনখিবা মফমনি।"

## খোঙ্দোবী

খোইয়ুম পাথংবনা অহিং-চুপ্পা অমা লোক্তাক ঈশায় মাপল অসিগী মন্নুংদগী মালেম লৈপাকপু তৌরদুনা চংথি হায়দুনা লম-দম অতুবু খোঙ্দোবী কৌনথি। তোলোংগী অরাংদা শুমবল্ তাওবী কজিলনে; ঈথিং চাওগী নোংপোক চীওতেক লাম্পোকুনা তারমগীদি মমাং তাবা তুরেল অতুবু পাথংবগী মরমনে। লাইলম

অসিনা খুমল্গী লময়াই খাইনা মমাই অৱাং পাংনা অসুম মুৎশি-মুৎশি লকলমলগা অসুম মুৎথখিদুনা য়ুম্ফাল (=য়ুমহাল-ইম্ফাল) য়োখিয়ে। লাইলম অসিনা হৌজিক চাওভামথাগী চনম পুখ্রি অচৌবা অমা লৈরিবা অতুগী মথাদা "তুরেল অমনবা" হায়নরিবা মফম অতুগী মরিল অতুবু লাইরম অসিগী মরিলনি হৌজিক লৈরিবা পুখ্রি অতু লাইরম থৎত্নুনা তৌবনি। পাখংবগী মরম অসি লোক্তাকতগী লাকপনা মফম অতুফাওবনি ; য়ুলাল্ পন্দোল্ শো-শৌবী অসিবু লোক্তাক ঈশায় মাপলগী লাইজ ঈশিংবু চুপথ-ফমনে। লাইজ ঈশিং চাউহনগে মুংবী-থীং লাইজ ঈশিংবু কংহলগে মুংবী হাং "থুমু লৈরিজাম্বা মাইচৌ অমদি থোংলেল্ লাল্থাবদি অনিনা "য়ু" লারতুনা পাইমা পুক্লিং লেপ্পখিবা মফম অতুবু য়ুলার হায়না কোলোয় মীংলেলবু মীংগৌনখিএ।" থোক্-থিবা থৌদোক্কী মতুং ইননা পোইরৈ চাদোল্ নাওতান্না খংনরি।

# কারং চাওভ

খুমল নিংথৌগী যণ অথাকপগা (=যণগাও) মোইরাং নিং-থৌগী কাওরেল যণ অথাকপগা, লোইবা চাওভ অসিদা নোংমাগী কোয়ো অমদা কাওরেল অনি য়াইনহনখিয়ে। লোইবী চাওখোং চাওভ্রা অসিদা কাওরেল যণ অথাকপা অনি অসিনা মচি চিরেল্ অনিনা চীরক্ খৎল্লা য়েনবা, শাজাও অনি চেনশিন্নতুনা য়ৈশিলনবা মথোলদি অয়েংবা অমদি অউবা মীপুম খুদিংনা অকিবা তুজুন্নবা

অমা ওইনা পোক্লখরে। কাওরেল মণ অনিগী চীরেল অনি অদুনা য়েশীন্নবগী খোঙ্খোকতো ক্যোং-ক্যাং হায়না হৌনা লাওবা অদুদি লৈপাক অনিগী মীয়ান্না অঙকপা অমা ওইনা থোক্লে। খুমল্‌গী মণনদি ওমল্লে, মতৌ থৌদোক অদুদগী লোইবী চীঙ অসিগী মীংলেল্‌বু কাওরেল্ অনি য়াইনবদা চীরেল্ মরি অদুনা ফুজিন্নবা অমগী ক্যোং-ক্যাং লাওবা খোঙ্খোক্ অদুদগী চীঙ্ অসিগী কোলোই মিংলেলবু করাং চীঙ হায়না মীংগৌনখিএ। মফম অসি খুমলগী লমনি।

# লাই ফদিবীগী য়ারী

কোরৌ নোংমগী মুমিৎ অমদা তখেল শুর লাইরবা কৌবা নিপা অ'সনা তখেল্ লৈপাকতগী; মৈতৈ পোইরৈ লৈপাকতা লৈতা লাইর থৌবা চহি কুমজা খুদিংগী লাকলমই। শুর লাইরবা কৌবা নিপা অসিনা নোংমদি লোক্তাকতা কুমহুনা লেমলৈ চামিৎ তানবা চৎপদা, "তাকমু তাংহল্ উচা লমদগী সননা লুপানা লৈলোং মখল মথা কয়ামকম্না হক্ননা নিংখিরবা লাইফদিবী লুবাক্ অমা কংলবদা, শুর লাইরবনা লাইফদিবী লুবাক অদুবু কেগে মোইরাংগী মীরম্বা কনাবু উহনদনা চরৈ ফিনা থুপ্‌চান্না য়োমশিলহুনা মফম অদুদগী নিপা অসিনা মৈতৈ পোইরৈ থাদোক্- তুনা য়ান্না থুনা তখেল লৈপাকতা চৎখিরমই।" মরৈপাক তখেল্ য়োৌরবদা, মোংমগী কোরৌ অমদা তখেল্ শুর লাইরবগী অমতা

তাংনা শাংচবী অচাউ মরেপ ফাত্রি, শাংবা মওম তমত্রিবী পল্লেম মমনা নাওকোলক্লত্রবী। নাওরা ওইরিবী মুপী মচা অসিনা কোরৌ মুমিং থুদিংগী নিংতায় শাংদনবনা নোংলেন খোঙমগুম মীকপ্পদা পম্ভৌ-মপা শুর লাইরবনা মমোমবু মীকপ্‌পা থেমবদা পীনখিবা লাইফদিবী লুবাক্নে। মুপী মচা অতুনা কোরৌ মুমিং শিংবুম থুদিংগী লাইফদিবী অসিবু চেৎনা চাননা তৌজন্থনা শানজৈই। কোরৌ নোংমা নোংমগী হৌজক্লপনা নিংঙোলনা চাওদম শাংদম্না মপুং ফারকলবদা; পাম্ভৌ মপানা মমোমবু থাজা য়েনজবা মতম ওইরবদা, কনাগুম্বা মতিক চারবা নিংঙোল ওইবী মহাক মশামক্লত্রু পামজরবা নিপা অমগা লুহোংবীরে। লুহোংগদবা কোরৌ মুমিং অতুদা নিংঙোল মাগী খোইনৌ মতারোই লাইফদিবী লুবাক্-তাবু অতুবু মথুম হাংদোকত্তুনা লাইফদিবী অতুবু পুথোক্তুনা সনা ফীগেৎ অমদি চরৈ ফী কয়ামকম্না লৈতেংবীরে। লাইফদিবীশিং অতু লুবাক্ মুংদা ফৈজুপ্ হাকাং লোন্দুনা নিংঙোল্ ওইবী অতুনা অমুম্নদি বা-হায়রক্লে। খোইনৌ ইতা চান্নরবী মরুপলোই, পম্ভৌগী মোংবা মরনম্লাইদা খোইনৌ নতারোই কনা লৈত্তরবদা লাইফদিবী লুবাকমুংদগী কনাবু লুবাক্ মথুম হাংবীনি। হা-খোইনৌ ইতারোই চানরবা নহাকত্তি ঐবু পোক্পা পম্ভৌগী মোংবা শজায়বু থাদোকপীগম্লকো ইতারোই। নিংঙোল ওইবী ঐদি তাইবং মপোক্ ওইবনা পম্ভৌনা থাজ য়েনজখ্রবনিনা নিং-ঙোল ঐদি ওসিদগী ঈপুলোইবগী ময়ুমদা চৎপা তারে, অতুবু খোইনৌ ইতা নহাকপু নিংঙোলনা মতৌ করমনা হন্দোকসিগে

ঈথংলেন ইমালগী মচা পামুবাগী মরানয়াইদা পুসি পুত্তমদরে হায়না নূরা মাগী পায়শ্মা পীবুকমুংবু লাইফদিবীবু শেংনা কম্নবগী অরা মৈচাকনা মিংকপলবদা কোরৌ অতুগী মুমিংতা লাইফদিবী অতুনা রা হায়রকলে ; "হে-খোইনৌ ইতরোয় নহাক্না রারিবা অদো, রারুলগনো ইতা নহাক্না অঙাং ওইরিবৈ মতমদদি লাইফদিবী ঐবু কোরৌ মুিং খুদিংগী অমুক্তা মুমিদাংগী ঐবু চরৈ ফীনা চীংবা শেংপারতুনা খোইনৌ ইতা নহাক্না-ঐহাক্না শান্নমীনৈদো ? শানবা লোইরগা লাইফদিবী ঐবু লুবাকমুংদা থমবীরে, হৌজীকতি ইতারোই নহাক্ নৈত্রবনিনা ঐস্থ নৈররোই।" খোইনৌ ইতা চানবী নহাক্না অঙাং-নাওরা ওইরিবৈদগী নৈস্মীন-রকপা অসিনা লাইফদিবী ঐস্থ ইতারোই নহাক্নাদমকতা করিস্থ খুদোল্ পোং ওইনা পিনিংঙাই লৈজদে। খোইনৌ ইতা চান-রবী নতা ঐগীদি, ইতাগী পম্বৌ অপোকপপা অসি ঐগীস্থ পম্বৌগী মশক্ লৌজরতুনা লৈজরে মরম অতুনা ইতা নংজেন্দ্বা খোইয়ুম লাইগী মতিক মন্নাই লৈরবা থাংলেন মচা অসি ঐনা পিজরি ইতা নহাক্নৌ নফমদা, লংনবা লৈতনা লৌবীয়ু থাংলেন অসিবু ঈরাং-থৌনিজতুনা কোরৌ খুদিংগী থমজরবদি লৈপাক মুংঙাই য়াইবী মরা তপ্না, চাবা থকপা রংেত্তনা পানগনি; অসুম্না নাওথেমবা রাহৈনা হায়রমলগা লাইফদি অতুস্থ মাং-থোকখরে। "মতারোই লাইফদিবী অতুনা রা-কয়া মরুম হায়-রমলপা মাংথোকখ্রাবা মতুংদা; তাইবং ওইরিবা নূরা মদি মতারোই শেংনা কম্নবগী মৈচাকনে, পম্বৌবু থায়নগদবগী অরাবনা নিংচৌলগী

পাইপ্পা পীবুকমুংন্দা অয়া মৈশা লাংলেদো ; অহুগী নোংদো নুরা
মনা তেংথা নাওইনা মীকপথিয়ে।

হা-পল্লেম অপোকপী
থমমুং ম্লাইদা লৈথ্রবী,
নমোমগী ঈশুং ইমান্নবী
ইভায়োই কনা লৈজদে হায়না ;
পল্লেমবু কৌরহুনা মীকপ্লে
মিংলু নাপোম অনিদা
তরং লাইজ ঈহৌনা,
খুদাং পিকম্ তৈহুনা
নুরানা থমোই শোকনা
মাগীনি হায়দনা হননা য়েংবদা
থোইনৌ মমান্নবী কনা উদয়ে
মভায়োই লাইকদিবী লুবাক্ নতনা,
খোইনৌ ইভায়োই চানয়বী,
ঐবু পোক্পা পন্থৌবু থাদোকপীগমুংকা ইভা;
নিংভোল ওইবী ঐহাকী খোইনৌ কনা লৈজদে
কনা লৈজরবা মরাইবক্ থীরবা পন্থৌনি,
খোইনৌ মভায়োই লাইফদিবীনা
পীনবীরক্লবা থাংলেন অহুবু পন্থৌ
মপাদা মমোমনা থুংশিনথি।

শুর লাইরবা মাগী মমোমবু থাজখ্রবা মতুংদা মমোমনা খুৎশিনরম্বা থাংলেন অদুগী মপালদগী শুর লাইরবা অসি নোংমা নোংমগী চবা থকপা ৱাংতনা মুংঙাই য়াইফা মরাং কায়না লৈরক্কবদা কোরৌ নোংমাগী মুংমিংতা য়ুমলোননবা নিপা অমনা শুর লাইরবা অসিদা মরুপ নহাকনা মতৌকরম্মা মুংঙাইখিবগে, ঐহাকসু লৈত্তবনা অঙাওবা অমগুম্না লৈরে, মরুপকী নতেংদগী ঐহাকসু চাবা থকপা অসিত্তদি ৱাংতনবা মতৌকরম তৌরগা কৰি শিনফম শুরগা মুংঙাইবা অমা ওইগদগে মরুপনা মতেং পীবীয়ু হায়রবদা। শুর লাইরবনা পাওথুমলক্লে, মরুপ্ ঐদি করিসু থংজদে ঐগী হায়ববু লাইফদিবী লুবাক্ নুংদা থাংলেন য়াইপুবা অমত্তংবু হৈরাংত্তুনা থমত্রে মসিগী মপালনা মরুপ ঐঅসি অনা অয়েক্ লৈত্তনা মুংঙাইয়াইফনা ঙসি ফাওবা লৈজরিবা অসিনি হায়রবঁদা শুর লাইরগী রাফম অসি তারবদা নিপা অসিনা মাগী পাইস্মা পীবুক্ মুংদা অপাম্বা অমদি মীহৌবনা খোইরাংজরে, চিনবাল খোংদদি মেংলবা-খোংলবা ম্রাহৈনা মরুপকী লাইফদিবী লুবাক্ অদুগা থাংলেন য়াইপুবা অদুবু অমুক্তা য়েংজগে হায়রক্লবদা শুর লাইরবা কৌবা নিপা অসিনা য়েংহলনিংদরে, মরম অদুদগী লৈকাইগী য়ুমলোম্নবা নিপা অসিদি অশাওবা অমদি মবুক ফত্তবা কলকপা মীহৌবগা লোইম্না তখেল্ নিংথৌদা ৱাকৎলুরে। "তখেল্ নিংথৌনা লাইফদিবী লুবাক্ অমদি থাংলেনগী ৱারি তাবদা অপাম্বনা খোইরাংবগা লোইম্না মনাই মশল্ পুদুনা শুর লাইরবগী মরানয়াইদা সনা খোংদোইলকত্তুনা শুর লাইরবা য়েংলদুনা, নিংথৌনা ৱাহোম্লক্লে।

"হে-গুর লাইরবা নংগী লাইফদিবী লুবাক অমগা থাংলেন অমগা লৈহাল্লবা অহু নিংথৌ ঐঙোসদা পীরো হায়রকলবদা, গুর লাইরবা নিপা অসিনা নিংথৌ সনা য়াথং অসি তাবদা, কোক্ণাগীনা খোং-তোন ফাওবা তুজুংনা নিংথৌবু কীখিবনা রা-মচেৎ অমত্তসু ঙাংদনা তুমিন্না লৈরগা ঐবু নিংথৌনা ঐগী য়াইবী মুংপিরগত্রা হায়দনা লৈখরে।" কোরৌ অতুগী মুমিংতা তখেল্ নিংথৌনা পাইস্মা পুক্রিং মৈহৌনা অন্নাকপা রাহৈ কয়া-কয়না গুর লাইরবদা লাওখোংবা রাহৈনা চৈথেং পীরক্লে। নিংথৌ ঐগী লৈপাক্তা হেক্ লৈরিবা মতিক্ ময়াই লৈবা, পোৎ মথৈ নিংথৌ ঐগীনি বদাই পীয়ু হায়রকলবদা, গুর লাইরবনা মঙক্তা চরৈ ফী য়েৎ থুরু-খুদক্ কুনহুনা মথুৎ লোন্নহুনা নিংথৌ সনা মাংদা তুরহুনা সোম্থাংনবা খোম্থাংনা রাহোমজরক্লে। "হে-ইনিংথৌও! নগা ননাই ঐগী লাইফদিবী অমদি থাংলেনবু লৌগে নিংবীগনো; মরমদি ননাই ঐগী ইমোমনা নাওরা ওইরিবৈদা নিংঙায় তেংথা-নবদা পাওথেম ওইনখিবা লাইফদিবী লুবাক্নে।" ইমোম লৈত্ত-রবদা ইমোমগুম্না থমজরিবনি ইনিংথৌও; রাকম অতুদগী তখেল্ নিংথৌনা পায়স্মা পুক্রিং মৈহৌনা গুর লাইরববু অরা চৈথেং-পিরহুনা মনাই মশল্শিংদা গুর লাইরবগী ময়ুম মুংদগী লাইফদিবী লুবাক্পু লৌথোকহনহুনা সনা মাংদা পুথোক্লে, অতুগী নোংদা নিংথৌনা তমথীরবা রাহৈনা হায়-হায় লাইরবা চুতংনবা থক্শি থক্শি থংদবা নংগুম্বনা অসিগুম্বা লাইফদিবী লুবাক্পু পাইবদি নতিক্ ওইরোই, নংগী য়াইবী নথরাইদি কনবীরগে, করিমু

লৈত্রবা নংগুম্বগী লাইফদিবী লুবাক্ অসিগীদমক নিংথৌ ঐগী ইফমদা নাথুপ্পা হায়রমলগা, নিংথৌনা অশাওবনা মাংওইম্না লাই-ফদিবী লুবাক্ অতুবু মথুম হাংদোকত্তুনা মীয়েং তারবদা থাংলেন অতুবু মথুৎমক্না পাইখৎতুনা শুর লাইরবা লোমদা য়েংলতুনা ফাক্-কাক্ নোকলতুনা নংগী থাংহায়বা অসিদি মথোয়শু য়াওদবা অসিরা হায়রনলগা লাক্তুনা লংথোক্লক্লে, থুদক্ অতুমকতদা থাং-লেন অতুনা নোংদোল্থক্তা মৈরি কাপত্তুনা পাইখৎলগা নিংথৌ মাবু থামবী মৈরি অতুনা চাকথেক্লে, মঙং-মাতাগুম অশুম্নদি রা হায়রকলে। "হে-তখেল্ নিংথৌও! নিংথৌ নংগী নরৈপাক্তা খোইয়ুম "পাখংবা ঐনা" থাংলেনগী শক্তম লৌরতুনা লৈরগা নরৈপাকপু শেমবী-শাবীগে হায়তুনা লাইফদিবী লুবাক্তুংদা লৈরম্বনি, থাংলেন ঐবু নিংথৌ নংনা মতু শোল্লাবা শুর লাই-রাবদগী হায়জতুনা লৌরগা ঈরাং থৌনিজরমরবদি নিংথৌ নংবু নচাক্ নরল্ পীবিগে থুজাও-লৈচাওহন্দুনা লৈপাক মরা চেংনা পালহনগে তৌববু।" নিংথৌ নংদি মতু শোল্লবা মপাঙ্গল লৈত্রবা মীওইমথৈদা, নিংথৌ নহাক্না ওমলবনি হায়রতুনা ননাই-নশন থাজন্দুনা পংনৈ-নৈহৎপিবা তমখিরবা নংগী নরাহে নরমচং অতুনা ঐবু লাক্তুনা লংথোকপা নংগী নরৈপাকত্তদি থাংলেন ঐনা করম্না লৈগনি। হায়রম্লগা নোংদোলথক্তা থাম্বী মৈরাগুম্না মৈরী কাপ্না লৈচিল নোংফাই মরক্তা তাংজলিলগী মঙংগুম মচি চিরেল্ লোংলবা অকিবগী মশক লৌরতুনা ময়াদগী থামবী মৈরি কামনা মমাই মোংপোক পাংনা পারখিতুনা চীংলোন মাপল লানশিনখিতুনা

কংলৈ সনা লৈকোইবুং লোমদা কোলোয় মিংলেন্নদি "ঙাপ্রুম-চৈংজেল্" হায়না পোইরৈ চাদোল্ নাও-তনা শোয়রিবা মকম অত্থদা ফাওদোক্লক্কনা কেংগেরোমদা মমায় ওল্সক্কনা মোইরাং কংলাদা নোংদোল থক্তাগী নোংথাংগুম্না তারকপা অত্থবু লৈপাক মীয়াম অমদি নিংথৌ মশামকনা উরথুনা, ঈরাং পুরিংলাই নিংথৌনা মদাইরেম অচানবা মথৈদা সনা য়াথং পীরক্রে। তাইয়ুম ইদাই-রেম অচানবা নখোয় পুন্নম, হৌজিক কোরৌ থক্তগী নোংথাংগী মশেক্ মঙাল্গুম্না নিংথৌ ঐগী কংলা চীদাইদা তাখিবা অত্থ য়েংলু চংলু হায়না সনা য়াথং পীরক্রে। হায়রিবা মকম অত্থদা লৈপাক মীয়াম্না য়েংলুরবদা থাংলেন খুংবোম্ অমা শাংবা মতোনসু তুবং ককপা থাংলেন অমা মশেক্ মঙাল কয়ামকম্না নিংথীজরবা অমবু তাথুনা লৈরমলে। থাংলেন অত্থবু নিংথৌগী মনাইশিংনা থুন্দুনা ঈরাং পুরিং লাইনিংথৌদা থাংলেন মাবু কৎচরে। মোইরাং নিংথৌনা থাংলেন মাবু লৌশিনখিথুনা লৈপাকী অমাইবা অমাইবী কয়ানা চীঙ্ঙ্ লাইগী লাইপাওবু তাবদা অসুম্নদি য়া হায়রক্রে। "হে-ঈরাং পুরিংলাই নিংথৌনংগী নশাইকোনদা থাংলেন ঐনা চংলকপসে, ঐবু "থাকল্ তরেং" থন্দুনা ইরাংথুনা নবুংঙো ঐবু থমজোও! নয়ুম কেগে মোইরাং লৈকোইবুংদা থাংলেন ঐবু ঈরাংথুনা কোরৌ খুদিংগী নোংগাংদনা থৌনিজৌও; ঐনা লৈরিবা মথৈদি নিংথৌ নংগী নচাক্ নয়ল পীবিগে। নরৈপাকপূ খুংকল্ পাজলহনথুনা লৈপাক চাকহোং ঙাহোংহনগে।" অসুম্না চীঙ্ঙ্ নোংদমগী মাপা ওখোলবু তাজবা কংলবদা ঈরাং পুরিং লাইনিংথৌনা

থাংলেন মাবু ঈরাৎ থৌনি তৌজরতুনা থমজখিএ। কেগে নিং-থৌনা থাংলেন মাবু ঈরাৎচতুনা কোরৌ মুমিং খুদিংগী থৌনি-জতুনা লৈরকপা অসিদা মতম ইথং থংহৌদনা, কে.গ মোইরাং লৈপাক অসি নোংমা-নোংমগী অপুম খুৎকল্ পাঙ্গলবা কাংলুপ্ অমা ওইর-কতুনা লোক্তাক থরা শারতুনা অমদি থাংজিং চাওজাওবু খুজিঙনা খোৎতুনা পানফবা খুনজাও লৈচাওরে। কৈথেল মাপল্ ফমলে। খুনচেপ্ মাপল্ পানফবা কেগে মোইরাং লৈপাক অসি মুংভায়না পানবা লৈপাক অমা ওইরে, লৈপাক অসিগী মীওই মথৈ মশক্ মতৌ নিংথিজরবা মকুনি। কাহেন্না ৱাংদবা কয়া হেন্নসু মরেপ্ নেমদবা শক্ওং-শতম্ চেক্শিংনবা মকম্বী য়াম্না লৈবা মথৌনা ফবা অচুম্বা লৌচৎনা লেপাক্ অসিগী মতম অতুগী লমচৎনি। মতম অতুদা তথেল্ লৈপাকুগী "শুর লাইরবা" কৌবা নিপা অসিনা লোইবী চাওজোল মাপল্ অসিবু লানতুনা লপোন ইতিক্ তৌবা কে:গ মোইরাং লৈপাক অসিদা তরেংকী শেলঙ্গা তানজবা লাক্লমই। তথেল্ শুর লাইরবা অসিগা মোইরাংদা লৈবা মহাক্কী মরুপ্ য়াম্না লুনা চন্না তিন্নজরবা অমা লৈরমই, মরুপ্ অসিগী ময়ুমদা তথেল্ শুর লাইরবা অসি থুংলতুনা অসুম্না ৱা হায়রক্লে। "কেগে মোইরাং লৈপাক অসি মরুপ ইবুংঙো ঐদি ওম্থোক্না ভক্চান্না থোকলে; মফম অসিবু উজবদা মমাংখৈদা ঐনা মরুপকী য়ুমদা লাকলমম্বদা লৈহৌবা য়ুনলৈ, কৈরৈ অতুগা য়াম্না খেৎনরমলে। চহি তরুকতা মঙাইরি হৌজিক ঐনা লাক্পা মতম অসিগা মমাংখৈদদি; য়ুমসু কয়া য়ামদনা উখি হৌজিক্কী মতম অসিদা

লৈরমলিবা য়ুম ময়াম অসি কয়াদা নিংথৌজয়বা পুক্লিং ছুনবগী মশক ওইরবা লম্বী থোং অমদি কৈথেলনা কয়াদা চাওরিবা ঐদি মরুপকী য়ুম লৈকন মফম থংউদরে। "তখেল্ শুর লাইরবা নিপা অতুনা অসুম্না বা হায়রকলবদা মোইরাংগী নিপা অতুনা মরুপ ইমুংদা চংলসে ঐ বা হায়গে মী পোঙ্ তাখিনি, অসুম্না বা হায়রতুনা তখেল্ শুর লাইরবা নিপা অতুবু ইমুংদা পুশিন-খিতুনা মীরমবা কনা তাহল-উহলদনা অসুম্না পাউ তমখরে।" মরুপ ঐখোয়গী লৈপাক অসিদা চহি মরি মঙাগী মমাংদা নোংচুপ্ হারম থংবা চৌঙ্লোন মাপল অসিগী মরক্তগী, লাই মতোল্ কৌরুংবা কৌবা চাও্ অশোমদগী থাংলেন অমাবু পাইরক্তুনা তারক্লে। মতুবু ঈরাং পুরিৎ লাইনিংথৌনা থাক্কল খল্লতুনা ঈরাৎতুনা থমখিয়ে, মতম অতুমক্তদগী মফম ঈখঙ্ খঙহোদনা ওলক্লপা চহিদগীদি লৈপাক্ অসিগী মীশিং হেনগৎলক্লে। য়ুমলৈ কৈরৈদা লৈপাক্তা মুংডাই য়াইকবা হেল্লিবা, কৈথেল্ মাপল্ কয়ে, চাকহোং ভাহোংলে। থাংলেন অসিগী মপালদগীনি মরুপ অতুনা লৈপাক্ অসিদা হেক্ লৌরিবা পোৎ মখৈ চহি কুমজা থুদিংগী কাউরেল্ ষণ মরাই ভাদবা নমু ভাইবং মীরাই তাম্রবা অসিবু থাংলেন অসি লৈবদগীনি মরুপল্লো। মোইরাং নিপা অসিনা তখেল্ শুর লাইরবা কৌবা নিপা অসিদা থাংলেন অতুগী মরমদা থোকখিবা থৌদোক অপুমবা অকুপ্পা য়ারী কয়ামক্লমঙ লিখি। শুর লাইরবা কৌবা নিপা অসিনা থাংলেন অতুগী মরমবু মুননা তারুরগা মপুক্লিংদা অপান্বা অমদি কলক্লপা মিহৌবনা

শুমহৎখিত্না মশামক্ মোইরাংদা কুইনা লৈনিংদরে। নিপা অসিগী মপুক্কিং অদো মণ্ডল-মণ্ডল রা খলনুরগা থাংলেন মাবু অপাম্বনা খোইরাংনত্না মফম অদুদা কুইনা লৈরমদরে। মরৈ-পাক্তা চংখিত্না শুর লাইরবা কৌবা নিপা অসিনা মহাক্কী মরৈপাক্তা হেক্ থুংলুবগা, তখেল্ নিংথৌদা রাকংলুরে। "হে-ইনিংথৌ তাবীও! কেগে মোইরাং লৈপাক্তা হেক্ থোকখিবা থৌদোক অপুম্বা থাংলেন অতুগী মরমদা নিংথৌগী সনা মাংদা পাউদমলে, তখেল্ নিংথৌনা অতুগী নোংদগী হায়রিবা রারম অসিবু তারুরগা মমাংতৈদা থাংলেন অদুনা নোংদোল থক্তগী লাওথরয়গা নোংপোক পাংনা পাইখিবা থাংলেন অতুনি হায়রত্না নিংশিংলক্লে।" থাংলেন অসিদি তখেল্ নিংথৌ ঐগীদা লৈরম-লবনিনা থাংলেন অসিদি তখেল্ নিংথৌ ঐগীনি, মসি লৌরুদবা য়াদে খলত্না মনাইশিংদা সনা য়াথং লাওথোকলে। লৈপাক মীয়াম তারো কেগে মোইরাং লৈপাক্তগী থাংলেন অতু লৌরুদবা য়াদরে হায়রত্না মনাই অচনবা অঙম্বমথৈদা সনা য়াথং রা হায়রক্লে। নিংথৌগী মনাই অঙম্বশিং অতুম্ সনা য়াথং হেক ফংরবদা অমুক পম্বা ভৌদনা তখেল্ লৈপাক্তগী ( =অসাম লৈপাকতগী) কেগে মোইরাং লৈপাকলোমদা লাকতুনা মোইরাং নিংথৌ ঈরাং পুরিংলাইগী মফমদা থাংলেন অতুনা মমাংতৈদা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী রারীনা চীংবা ঈরাং নিংথৌ সনা মমাংদা মথং-মথং হায়জরক্লে। মরম অতুনা তখেল নিংথৌনা থাংলেন মাবু লৌরুদবা য়াদে হায়দনা তাকপিরকতুনা; "হে-ঈরাং

পুরিংলাই মপুরেল্ও। ঈনিংথৌগী মফম লাংদগী থাংলেন মাবু নিজারি চৎর কীগাও শানা, ননাইশিংদা পীনবীয়ো ঈনিং- থৌও।" অসুম্না থাংলেন মাবু পিয়ু হায়রবদা ঈবাং পুরিং লাই নিংথৌদো মাগী পাইম্বা পীবুকমুংহুদা মণ্ডল-মণ্ডল বা-খলক্লে, নিংথৌ ঐনা থাংলেন মাবু পীবিগে ঈনিংনি পীরলোই ঈনিংনি অহুমনদি ওইরগা নিংথৌ ঐগী ইরৈপাকসু থাংলেনগী মপালনা মুংহাই য়াইফবা অমা ওইরে, মরম অতুনা থাংলেন অসিনা তখেল লৈপাকপু অমুক ইনৌ নৌনা মুংওাই য়াইফাবা অমা ওঙসনু, থাংলেন অসিগী মহাকথকতা মোইরাং নিংথৌ ঐগা তখেল নিং- থৌগদি হুয়েল লালদি থেংনবা হায়বা অহু ওইরবদি মোইরাংনা ওমলবসু লৈপাক মীয়াম অবাংবা অমদি অসি-অনা কয়া মরুম থোক্কনি, তখেলনা ওমলে লৈপাক মীয়াম থরদি মাংনিংওাইনি হায়না ঈবাং পুরিংলাই নিংথৌনা লৈপাক্ মীয়ামবু মুংশিরুবদগী নিংথৌ মাগী পাইম্বা পীবুক্ মুংদদি থাংলেন মাবু পিথোকনিংরমদে। চিনবান থোংদদি তখেল নিংথৌগী মনাইশিংদা থাংলেন অসি নরৈপাকতা পুখিবা য়ারগনি হায়না সনা য়াবং বা-হায়রকলবদা। মোইরাং নিংথৌগী মনাই ফমনাইবা অওমবা অমনা থাংলেন মাবু মীরৈপাক্তা পিখিবগী বাফম অসি হেক্ তাবদা; মোইরাংগী ফম্নাইবা নিপা অসিনা মাগী পাইম্বা পীবুক্ মৈহৌনা শামু মাই- থোংবু মোমোন নোক্না অসুম্নদি বা হায়রক্লে। তখেল্ নিংথৌগী মনাইশিংদা, "অভম্বাথোয় নথোয়নসু অহিং অসিমদি পোথাতুনা মুংভায়না লৈবীরো হয়েং ইনুংবা ভাল্লগা নরৈপাক্তা চংপিয়ো ঐথোয়না থিজোকচগনি কেগে নিংথৌ মপুরেলনসু থাংলেন মাবু

পিনবীরে অতুবু অহিং অতুমা য়ারেকখিএ। অতুগী অহিংদো কেগে মোইরাং লৈপাক্কী অঙম অথৌ পুন্দুনা মীরম্বা কনা ত়াহন্দনা অচিকপা য়াবু নাপ্‌পা চীক্লা য়াত্তানরে! অহিং অতুমক্তদা খুৎনাইবা কয়ামরুম কৌথত্তুনা থাংলেন অতুগা চপ্‌ মান্নরবা থাংলেন অমা শারতুনা অহিং অতুদা লোইখিয়ে। ইমু'বা অতুমা ঙাললগা তরাগী চাক্‌লেন চারগা য়াংদৌ লমশাং চৎপদা লাম্মাখাংদা তরা পীবুক্ শিৎপদা চান্নবগাদমক্তা তরা চৈ:য়োম য়োম্বীরতুনা তখেল্ নিংথৌগী মনাইশিং অতুদা থাংলেন মথুৎ-মকতদা শিন্নবীখরে। মোইরাংগী অঙম্বাশিংনা মখোয়বু লমদম থরা থিনদোক্‌পীখিএ, থরা চৎলগা তখেল নিংথৌগী মনাইশিং অতুসু মপুক্কিং অতু হরাওনা থাংলেন মাবু পুরতুনা মরৈপাকলোমদা চৎখিরমই। মোইরাংগী ফমনাইবা অঙমবা মখৈসু লৈহৌরে; লৈপাক অনিগী অঙমবা অনিদো শেৎনা খাইনরতুনা মাগী-মাগী লমদমলোমদা য়াঙ্গোনখিয়ে।

কেগে মোইরাংদা থোকখিবা থৌদোক অসিগী মতুংদা কেগে মপুলেল্ মোইরাং নিংথৌ ঈরাং পুরিৎলাইনদি থাংলেন মাবু ঈরাৎ-চতুনা থমজরিবা মফন অতুদগী থাংলেন মদি মথি ফোংনা নোংথাংগুম্না নোংমদোলথক্তা পাইথৎখিতুনা মৈরি কাপতুনা অসুম-নদি লাওথরক্লে। "হে-ঈরাং পুরিৎলাই নিংথৌ নংবু শেমবীগে হায়তুনা থাংলেনগী শকুওং পৌরতুনা চংলকপনি, নিংথৌনংসু ত্তেমশিংনবা লাকপবু মীরম্বা অতুবু নহাক্লা চাইনা পুংদি থোনতুনা শামান লেংমান্নববু হুয়েন লালদি থেংননিংদতুনা থাংলেন ঐবুদি

মী অতোপ্পদা পিথোক্লে।” ঐনদি নিংথৌ নংবু নতিক নয়াই পিবী-ছুনা থমববু, “হে-কেগে নিংথৌ নংনা পাইন্মা পীবুকমুংদা কিরতুনা শামন-লেংমনবগা চাইননিংদতুনা শমাই লৈরতুনা চেল্লেদো, থাং-লেন ঐ ইশামক্ লৈনা ঐগী শকতম মীরেল কয়াং লৌরতুনা মীরৈপাক্তা পিখ্রবনিনা ঐসু নহাক্কী নশায়কোন্দা লৈররোই।” হায়রম্লগা নোংদোলথক্তা থাম্বী মৈরিঙুম লংনা পাইখিতুনা লাইজ ঈপাক ঈয়াই ওইনা তৌবা মফম অমগী চীঙ্তুম অমাগী মথক্তা তাখি। থাংলেন মানা পাযখিবগী মুংঙাইতবনে, নোংদোলথক্তকী ম্নারা কয়ামরুমসু লাওথরমবনে; অতু নোংদগী ঈৱাং পুরিংলাই নিংথৌ মাগী পাইন্মা পুক্লিং মুংনাংঙে। নিংথৌগী মনাই মশল্ মখৈনা থাংলেন মানা তাখিবা চীঙ্তুম মচা অতুবু কেগে মোই-রাংগী মীয়ায়া চীঙ্দোলদগীনা চীঙ্খোং ফাওবা মফম অতুদা তারম্বা উনা-রানা অপুম্বা লোংলম্বসু উপলম্লে। উপলম্বসু লোং-থোক্লে, কেগে মোইবাংগী লৈপাক মীয়াম অতুনা লাইজ ইয়াইদা লৈবা চীঙ্ অতুবু চীঙ্দোলদগীনা চীঙ্খোং ফাওবা থাংলেন মাবু থীরক্লে। ফংবা কোবা লৈত্রবদা মীয়াম অতুনা চীঙ্ অদো চীঙ্-দোলদগী চীঙ্খোং ফাওবা খোত্তুনা থীববু থাংলেন মাবু ফং-খিদরে, মোইরাং নিংথৌগী মনাই অঙম্বা মখৈবু থাংলেন মাবু ফংত্রবদা লৈপাক মীয়ামগা লোইননা মাগী-মাগী মোংবা মরান-য়াইদা হননখি মপুক্লিং মুংঙায়তনা।

# কারাঙ্ লাইফুম

কারাঙ্ লাইফুম অসি লোক্তাক্ পাৎকী নোংপোক্ থংবা শরুক্তা লাইজ ঈপাক্ ময়াইদগী কোৌক্র লাইজী অমদি মৈরম পাংনা অমদি নোংচুপ্ কাওদোক্নুনা চীঙ্ অহুবু লাইজ ঈশিংনা নোংপোক অমদি নোংচুপ্ কাওদোক্নুনা চীঙ্ অসিবু থদংহুনা চীঙ্ অহুবু শরুক্ অনি থোক্লা লৈ। মহৌশাগী থুংশেম ওইরহুনা লৈজরমবনি। চীঙ্ অনি অহুগী কারক্ অহুদা, "খাকপা পুলৈলোমবা" কৌবা অহল্ ওইরবা (=হন্নুবা-হন্নুশা) নিপা অমনা শোই চায়মই। কারাঙ্ লাইফুম অসি খাকপা পুলৈলোম্বাগী শোইফমনি; (=লুথুমহুনা ঙা ফাকমনি) মফম অসিদি লোক্তাক্ ঈশায় মাপলগী মন্নুংদা খাকপা পুলৈলোম্বনা লুথুমহুনা লেমলৈ ঙাফাবা অসি চহি কুমজা কয়া ঈপাল থা অমদি ইকংথাবুম কয়ামরুম অসি অয়ুক নুংথিল অহিং চুপ্পা লেপ্তনা, লেমলৈ ঙা-ফাবা অসিনা মথল মথা কয়াগী ঙা কয়ামকন্না মশিং লাকঙমদনা মহাক্কী শোইফম অসিগী লুন্নুংদা চংহুনা ঙা ফায়মই। নোংমগী কোয়ৌ মুমিং অমদা মহাক্কী শোইফম অহুগী লু অমদি লু অহুগী মন্নুংদা থাং খুবোম অমা শাংবা মতোলম্ভু তুবৎ ককপা অমবুদি চংলমলে, মমাংঙৈদম্ভু অমুকতা থোকখিদ্রিবা থৌদোক অবুহু অহল্ ওইরবা খাকপা পুলৈলোম্বগী পাইস্মা পীবুকমন্নুংদা করি থনবগে হায়ববু। কনাগুম্বা শারেপ্ ফাদবা হাওইবাশিংনা, ঐনদি শোইফম অসিদা লু-থুমহুনা লেমলৈ ঙা থরা থরা ফাজবা অসিবু নাওরা ওইবাশিংনা অহল্ ঐবু বরেম্মরবনি হায়না থন্দুনা লু-মুংদগী থাং অহুবু অহল্ ওইরবা খাকপা পুলৈলোম্বনা মথুংমক্তা থাংলেন অহুবু পাইরহুনা

নাওরা ওইবা কনানবুদি হাপল্লিবনো ? ওস্থোক্না মওং চাদেদকো অসুম্নদি রা হায়তুনা থাংলেন অত্থুবু লাইজ ঈয়াই অরুবদা লং-থোক্থরে। কোরৌ সুমিৎ শিংবুম অমা লেলম্লগা নোংমা কোরৌ অমসু শোইফম অত্থুগী লূ-মসুংদা থাং অসিবু অম্নুক্সু লৈরম্লবা অত্থুদদি অহল্ অসি শাউমনখিত্থুনা মাগী পাইশ্না পুক্লিং অদো মৈ-তৌরহুনা অসুম্নদি রা-হায়রে। কেগে মচা কনানো খুমল্ মচা কনানো মোইরাং মচা লমহেন্ববু ওইবরা ? ঐগী শোইফম অসিদা অহিং তাংলৌ অচিকপদা মীরম্বা কনা উদ্রৈদ্দা হুরাল্ নথুপত্থুনা ঐগী লুম্নুংদদি থাং মাবু থমলিবা তম্বা নিপা লমহেনবা নংনাসু ঐবু তেমশিংনবা। নশক্ অত্থু উরম্লবদি খংগদবনিদো অঃ লাকচৈদা শারিশো। খাকপা পুলৈলোম্বা ঐগী ইমাংদা কৈদদি লোৎকনি অচ্চা-অচ্চা লাকচৈদা, অহল্ অসিনা অশাওবনা রাহৈ খরা ভাংলম্লগা মাগী লূ-মসুংদগী থাং অত্থুবু লাইজ ঈয়াইদা লংথোকখরে। মতম অত্থুমক্তদা কনাগুম্বা নিপা অমনা লেমলৈ ভাকবা ওম্ন খোইজাক্ তম্বা ( =খোয়চোপ্পা ) হৈকক্ থেল্লোং খোনজবা রাক্‌য়ে হী অমা তোংজহুনা কোইনা চৎলুবদগী শোইকম অত্থুদা লাকলমই। খাক্‌পা পুলৈলোম্বা অহল্ অসিনা অসুক্ শাউরিবা অসিবু কৈদৌ-নোংগীনো হায়দনা ওম্ন খোইজাক্ তম্বা নিপা অসিনা মাগী রাক্‌য়ে হীথকতাগী অহল্ অত্থুদা অসুম্নাদি রা-হংজরে, "পম্থো মানবা ইপাও! পম্থোগী শোইকম অসিবু কৈদৌরমলবনো ? নহ অত্থুনা কোলোই পাউ-হংজরক্লবদা, অসুম্নদি পাউখুম্লক্লে।" "হে-পারী মানবা ইবুংঙো

নপল্ ঐগী শোইকম অসি খোঙবৈ-চুক্ফমস্তু ফুক্তোক্তে শোট-ফমস্তু কৈদৌদে ইবুংঙো। ঐনা লেমলৈ ঙা খয়া ফাজরিবা অসি কনাগুম্ব খরনা কন্নক্ণুনা 'লু' মম্নুংদা থাং অমবু হৌজ-হৌজ কোরৌ মুমিৎ শিংবুম অনিরকপু হাপ্চিল্লমলবনিদনা।" অতুদদি কনানবুদি ঐগী লু-মম্নুংদা থাং মাবু ইতৎ তত্তনা হাপল্লিবনো হাযদনা নপল্ ঐগী পুক্লিং অসে ইম্নুংদা মুংঙাতে মরম অতুদগীদি ইবুংঙো। নহা নিপা অতুনা হংজবক্লে, "হা-পম্মোমানবা ইপও; থাংলেন অতুদি কদায়দা লৈরিবগে অমুক্তদি য়েংজগে! —এঃ; পারী-মানবা ইবুংঙো চুমইনা ঐস্নু থাং মাবু ঐগী লু মম্নুংদা হেক্ লৈরম্বা অতুদদি ঐগী পাইম্মা পুক্লিং অসি তপ্থবা কৌবা লৈতবে, থাং মাবু ইথুংনা পাইরতুনা লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইদা লংথোক্খরে।" রাফম অসিবু তারবদা ঙমু খোইজাক্ তমজবা নহা নিপা অতুনা চুমদেদনা পম্মো মানবা ইপাও। কেগে মচা কননো, খুমল্ মচা কনানো; মী অমগী লু-মম্নুংদবু থাংবু হেক্ হাপ্-চিনবদি। অসুম্নদি রা হায়রমলগা নহা নিপা অতুস্নু রাক্ত্রৈ হীবু তোংলতুনা ময়ুম কেগে মোইরাংদা হনখি। অতুগী মতুংদা খাক্পা পুলৈলোম্বা কৌবা অহল্ অতুস্নু মহাক্তী শোইফম অদুদা মত্তোমত্তা মচিল্ অতু মুরুম-মুরুম শোন্দুনা লৈহৌরে, কেগে মোইরাং লৈপাক্ মীয়াম্না লাইফুমগী শোইফমদা খাক্পা পুলৈলোম্বগী লুম্নুংদা থাং অমা কাখৎত্তুনা লুম্নুংদা চংলে হায়রতুনা লৈপাক্ মীয়াম অপুম্বা। রা-রা লাওনবনা মাইকৈ মরিমক্তা ইনিল্ হেক্ নিল্খি; খাক্পা পুলৈলোম্বগী লুম্নুংদা থাংলেন অমা চংলে হায়বা রাফম

অসি ঈরাং পুরিংলাই নিংথৌনা সনা নাকোংনা তাররবদা মদাইরেম অঙন্বদি মখৈবু কৌরহনা সনা য়াথং রা-হায়রক্লে। ইদাইরেম অচানবা নখোরসু লাইফুম হায়রিবা শোইকমদা লুমুংদা থাংলেন অমা মরক্-মরক্তা চংলে হায়বা রাকম অসিবু লৈপাক্ মীয়াম্না ভাংনবা অসি নিংথৌ ঐহাক্ অসি লৈভমদরে। মরমদি ইদাইরেম অচানবা নখোই পুরমক্তা চৌভং খোইয়ুম লাইগী মশক্ ওইবা থাংলেন মাবু লুমুংদা হেক্ চংলবদি থাংলেন মাবু লমুংদা অহুমক্ থমলমঊ ইদাইরেম অচানবা নখোয়না থাংলেন য়াইপুবা অহুবু ফংনবা চেক্শননা হোৎনদবা য়াদে। অসুমদি ঈরাংপুরিংলাই নিং-থৌনা সনা রাথং রা-হায়রক্লে। নিংথৌ মনায় অঙন্বা মখৈস্সু সনা য়াথংবু হোয় য়াখি, অঙন্বা ফমনাইবনা লাইফুম শোইকমদা দোলাই পাবা থারহনা মফম অহুদা লৈহনখি, লমুদা থাংলেন অহুনা হেক্ চংবা মতম খুৎদক্তা সনা কোমুংদা পাউথাং পিরক্কদবনি হায়হনা রা শিন্নখিবা দোলাই পাবা নিপা অহু মফম অহুদা য়ায়েক্কুনা লৈখিরমই। কেগে মোইরাং ঈরাং পুরিংলাইদো থাংলেন মাগী রাথলভনা তুম্বা চাবা মফম থংদরে, নিংথৌ অমগী পাইশ্মা পীবুক্-মুংবু ইরাং হোরে, থাংলেন মাবুদি অপামবনা অমদি উজনিংবনা পাইশ্মা পিবুক্ খোইরাংনরে। ঈরাং পুরিংলাই নিংথৌনা লাইফুম অমদি শোইকম অহুভগী মপাওবুতা ভাইজরি, কালেন থাগী শারবা মৈশানা মলেম্ লৈকোই অপুমবা অসি লাইজ ঈশিং লৈত্রবদা, ঈখো লাংজরবী চেক্লা কয়ামরুম্না নোংদোল্ থকৃতগী লাইজ নোংলেন তারক্পা ভাইবা অহুগুম্না ঈরাং পুরিংলাইনা

থাংলেন মাগী মপাওতবু ভাইতুনা লৈখিরমই। নোংমগী কোরৌ অমদা খাক্পা পুলৈলোম্বনা য়াম্না চেক্শিন্না শিনলাংতুনা থাংলেন মাবু ল্, মমুংদা চংবদি য়েংলতুনা ল্, অতুবু মী শেন্নতুনা থমখি। শোইফমগী দোলাই পাবা অতুনা চেক্শিন্ন শংখিরমই, নোংমগী কোরৌ অমদা চৌওত্, মাগী নোংদক্লা কনখিবনা খাক্পা পুলৈ-লোম্বাগী শোইফমদা ল্বু কাইথংপদা ল্, অমগী মমুংদা থাংলেন মাদি চংলমলে। থৌদোক্ অতুদগী শোইফমদগী দোলাই পাবা অতুনা চেনখৎলক্তুনা কেগে মোইরাং লৈপাকলোমদা সনা কোম্মুং মমুংদা চংখিত্রনা থাংলেন মানা ল্মুংদা চংবগী য়ারমবু মপু সনা মাংদা মথংশিৎনা পওউদয়্রে। য়াফম্ অতু ভাবদা মোইরাং নিংথৌনা অমুক্ পল্পাবা তৌদনা মদাইরেম ফমনাইবা অচানবা শিংগা লোইননা য়াকৈয় হীরেল তোংলতুনা লোক্তাক্কী লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইলোমদা সনা খোংদোই ভমল্লে। লোক্তাক্কী লাইজ ঈশিংনদি পুমলং লংলবা ঈয়াই ঈপাক্ অসিদা ভামু কাংহা কয়ানা চাকতাতুনা লৈরম্বা কয়াগী মতিক নিংথীবা য়েংবগী পেনবা লৈতরে। অমরোমদদি ঈবাং নিংথৌনা সনা মিংয়েং তারকপদা লাইজ ঈপাক্কী নিংথীবানে অতুগা কমবোংয়াদি তনৌবী লাইজ ঈয়াই অতুদা মভোন তুমবুম অতুনা নোংদোলথক্কী নোংলেনবু তেমশিংনতুনা অশংবা মচু খিবীক্লা থল্লবা কমবোংয়দদি থাঙোল্ মানা লিরি খোংদোয় হুমবদি কমবোংনা মথৈদো; হাইনা হুম্না মালং ভাংথক্ খুদিগী হয়াওমথোই কাজরি। ভাইবং মপুগী খুৎশেমবু ঈয়াং পুরিংলাইনা উক্তয়াগা নিংথৌ মাগী পাইম্মা

পীবুকন্নুংবু ন্নুংওন্নে। মতৌ অন্নুম তৌহ্না নিংথৌনা মহৌশাগী থুৎশেমবু য়ে রুরগা সনা খোংলেংলকপনা কাঁরাঙ্ লাইফ্ম অন্তদা নিংথৌ অমদি মাগী মনাই মশল্ কয়ামরুমগা লোইন্না থুংলরে, মতম অতুদা থাক্পা পুৈলেলোমবনা ঈব্রাং পুরিৎলাই নিংথৌনা শোইফমদা সনা খোংলেংলকপা অতুদা লু-মন্নুংদা থাংলেন চংলিবা লু অতুবু নিংথৌ সনা মমাংদা পুরক্তুনা লূগা কোন্ননা কৎচরে। মতম অতুমক্তদা নিংথৌনা লূ-মন্নুংদা লৈরিবা থাংলেন অতুবু মমাংতৈদা থোক্খিবা থৌদোক্ কয়াগী ব্রারমবু নিংশিংলুরগা ঈব্রাং পুরিংলাই নিংথৌনা থাংলেন মাবু ঈরাৎ থৌনিজরহ্না নিংথৌ মথুৎমক্তা লূন্নুংদগী থাংলেন মাবু পায়গে হায়না হেক্ তৌবা মতম অতুমকতদা ; লূন্নুংদগী থাংলেন অতুনা লূ-অন্তবু কক্থত্তুনা নোংদোল্থকতা নোংথাংগুম্না পাইথোকখি। থাংলেন অতুনা তৌরিবা থৌদোক্ অত্তবু ঈব্রাং পুরিংলাই নিংথৌ অমদি লৈপাক্ মীয়াম-শিংস্থু তুজুংবগা লোইননা ঙক্চান্না লৈহৌরে। থাংলেন মনা পাইথোক্খিবা অতুদগী থাক্পা পুলৈলোমবগী শোইফম অতুদগী ঈব্রাং পুরিৎলাই নিংথৌদো; পাইস্খা পুক্লিংদা ঙহাক্তং তুমিন্না লৈকরগা মণ্ডল্-মণ্ডল্ ব্রাথল্ খন্দুনা অন্নুম্নদি ব্রা হায়রক্লে। নিংথৌনা লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইদা লোইবী চীঙ্ অনিগী কারক্তা মাইকৈ মরিমকতা কোইয়েং য়েংবা হৌরক্লে। নিংথৌ মাগী পাইস্খা পুক্লিংদা লৈবা ব্রাফমবু লৈপাক্ মীয়াম মমাংদা ব্রা হায়রক্লে। লাইজ ঈন্নুংদা লৈবা লেমলৈ ঙাতনা লুন্নুংদা চংবদি লেমলৈ ঙামথৈদি লাইজ ঈপাক্ ঈন্নুং অসিগী ঈশিং অরুবা-অথেনবা মফম কয়াবু কোয়না চেন্দুনা মচিঙ্গাক্ থিজবনি, ঈশিং অরুবদগী

অথেনবদা কাথংত্তুনা ক্লোইনা চংচবদা লুমুংদা চংল্নি। অদুগা থাংলেন অসিনা লাইজ ঈপাক্ অরুবদা থাক্পা পুলৌলোমবনা মখুৎমক্তা পাইদুনা লংথোকখ্রবসু লাইজ অথেনবদা কাথংতুনা লুমুংদা হৌজ-হৌজ অহুম্লক্ চংখিবা, অদুগা লুদা চংলবা থাং-লেন মাবু নিংথৌ ঐগী ইথুৎমক্তা পাইগে হেক্ তৌরকপা মতম অদুদা মিংনা কুপ্পদা লু অদুবু তুবং কক্থত্তুনা। নোদোলথক্তা নোংথাংগুম্লা পাইথোকখিদুনা লোইবী চাও অদুবু লাম্না চোংখি (=চাওবু-কাম্থোখিবা) পাইথোকখিবা থাংলেন অসিনা লোইবী চাওথোং চাওয়াদা কাথংত্তুনা লুমুংদসু হেক্ মচা'লমবা লুমুং অদুদগী থাংলেন অদুনা লু অদুবু মরাই চবুক্তা তুবং কক্থংতুনা চংখি, থাংলেন অদুনা লোইবী চাও অদুবু কানদুনা-কাদুনা চোংদুনা চংখি হাম্নরদুনা চাচ অসিগী কোলোই মিংলেনবু থাং-লেন মাগী মিংলেন লৌরদুনা থোকখিবা থৌদোক্ অদুগী মতুং ইননা। "থাংকা চাও" হায়না নিংথৌ অমদি লৈপাক মীয়াম্না চাও অসিবু কোলোই মীংহুল্ তমখি।" অসুম্নদি লোইবী চাও অসিগী কোলোই মিংলেনবু থোল্লম্নগা কেগে নিংথৌ ঈবাং পুরিংলাইনা লৈপাক মীয়ামগা লোইননা মোংবা মরাননাই জোমদা সনা খোংদোই তমরক্লে। বাকৃম্লৈ হীরেন তোংরদুনা লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইদগী লাক্পদা কমবোংনদি তনৌবা নোং-দোল্ তেমশিংম্নরেদো; নোংখোংচমনরে, ঈমুনা লাল্শিংনরে। মাগং ঈপোম খিবীক্তা কাইদা-কাইদা হুমলকুপা অদুদি ঈবাং পুরিং লাইনিংথৌনা, লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইদা বাকৃম্লৈ হীরেন

ভোংয়ছুনা মহোৌশাগী খুৎশেম নিংথৌবা অহুবু উরুরগা, নিংথৌ মাগী পাইশ্বা পুক্লিং ইপেল্ হেক্ পেনজরে। নিংথৌনা পাইশ্বা পুক্লিং পেল্লছুনা অরাবা অপাম্বা মাহৌব খিবিক্পু পুংকাও কাওখোক্তনা অম্নুয়দি তেংথারে ;—

কারাও্ লাইফূম লমহুংশি
ছীদি য়াইদি তুংনকম।
লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্‌গী
মন্নাই ওইনা লৈরিবা।
লোইথী চাও্দি অনিগী
কারক শাবা লমদম্নি।
য়াইশি য়াইরেল খিবৌকী
তুও্নকম ওইরবা লমদমনে ;
শোয়কম শোয়রেল্ খিবৌক্তা
কোলোই মাবু তেংথানরিবা।
লাইয়িংথৌ পাখংবম্নু চংনাশোই
য়োইবা য়াইমবম্নু মাংনাশোই।
মপল্‌মা চাবা মশোয়নাং
খোইয়োলনা ভোবা মশোয়বুও্ ;
পোইরৈ সিননা লৈপাক্তা
পোইরৈ চাদোলনা শোলমরি,
কারাও্ লাইফূম লমহুংশি।

ঈরাং পুরিং লাইনিংথৌনা লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্গী মহৌশাগী থুংশেম নিংথিজরবা কয়াবু উকয়গা নিংথৌ মাগী পাইম্বা পীবুক্ অহুদা থাংলেন মাবু কংগ্রবস্ সুংঙাতবা লৈতনা। কেগে মোইরাং মপুংয়াইদা মোংবা মরানয়াইদা সনা খোংলেংশনখি।

---

কারাঙ্ লাইফ্মদা থাক্পা পুংসংলোমবনা মাগী শোইফমদা লুম্ন দা থাংলেন চংখিবা লু অহুবু থাং মানা কক্থত্তুনা চোংথোকখি, হায়রিবা লু অহুগী মমিংবু ল্-মনিং কক্পা মনিংদা অতোপ্পা মচা অমা অমুক্ হুক্চসলিবা মী অয়াম্বনা শোইচাবা মীয়াম্না থংনরিবা মমাই ফাকতোকপা মনিং হুইথান্নাতুমবা, ল্ অতুগী মমিংবু শুরা ল্ (=শোরা-লু ) কৌই, পোইরৈ চাদোন নৌগনা অসুম্না থংনরি মরম অমনা সোইবী চীঙ্ অহুবু থাংলেন মানা কানহুনা চোংখিবদগী হৌজিক্ ফাওবা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্তা শিননা থুংনা চাদোন-কুয়োন নাওয়ানা থাংগা চীঙ্ হায়না কৌনরি।

## থাংগা চীঙ্ (=থাংকা)

থাংলেন মানা ওীঙ্ অসিবু কননা চোংনা চংখি হায়বগী কোলোই মৌংলেনবু থাংগা চীঙ্ কৌখিরমই চীঙ্ অসি কাওরেল্ ষণগী শক্ওং শকতমনি; কুরুনা (=গুরু) থাংগা চীঙ্ অসি মমায় নোচুপ্ ওনলমদগী নোংপোক্ ওসহনখি। হৌজিক্ লৈরিবা "নিংথৌজম-শলাম" হায়রগা থংনরিবা থাংগা চীঙ্মাইদা তারিবা লৈকায় অহুবু হৌজিকী "নংগেমথো" হায়রগা থংনরিবা মফম

অহুবু কুকনা তৌহৈদে হায়দনা মওকা মমৈগা পুন্দুনা মফম অহুদা থমখি। খ্বাইলাকপমগীদি মমাং, বাম্মোলগীদি মনিংদা লৈরিবা চৌভ নাপোম অহুদা উপাল্ অমা গৌরিবা উশক্ থংদবা অহুগী মফম অহুবু থাংগা চৌভ অসিগী কাওরেল যণগী মক্তমনে। (=উপাল্ অসি ওসিফাওবদা মশক্ থংনদে মরম অহুদগী উশক্ থংদবা উপাল্ হায়রগা অহুম থংনথরে।) চৌভমাইদা থোহু নুংপাক্ নুংজাউ থরা লৈরিবা মফম অহুবু হাওজম কাচিল্ কৌই। হাওজম কাচিল্ অসি কাওরেল্ যণগী মবুক্লে; মসিগী মথংদা চৌভজিল্ অচৌবা অসি কাওরেল্ যণগী থুমাং ওই থাংবনে। শোইবোল্ চৌভজিল্ হায়নরিবা মফম অদো কাওরেল্ যণগী মবুক্লে অসিকাওবা। মসিগী মথংদা চৌভজিল্ অচৌবা অসি কাউরেল্ যণগী থুমাং য়েংথংবনে। শামু কোলগী চৌভ কাচিল্ অহুবু "যণ চংলবীগী পুনফমনি" মফম অহুদগা অসুম লাকপনা ফাকপা লৈচিল্ হাররিবা চৌভ অসিগী য়েংথংবা চৌভ লাইবক্ অহুম্ হৌরিবা রা অহুব "রাশক্" থংদে ওসি ফাওবা মীনসু য়াম্নদে। কোংয়াঙ্ রাখোং অহুগী অয়াং থংবাদা ফোরা অমুক্ পাক্না কুং-থহুনা লৈরমই, মফম অহুদা কোমপ্রেক্ হৌরমই; কাওরেল্ যণনা চংহুনা চায়মদে, মফম অহু মীসু কয়া চংনদে।

হাওরেং মত্তোল্; হায়রগা থংনরোবা মফম অসি কাওরেল্ যণগী থুংগী য়েংথংবানে। মফম অহুগী চৌভজিলগীদি বোংপ্রোক্ থংবা লমদম অহুবু থাংগা চৌভ অসি তাওহুনা কোয়মা চংঙি হায়হুনা কুরুন (=মাইচৌশিংনা) মফম অহুদা উতংকাপকা, হুইগী

থাড়ুনা ফাবা মফমনে হায়নৈ। হৈশনামঃলৈকাইদা লৈবা লোক্‌-মরি অসিগী মনুংদা হী-য়াই লৈবা খ্ৱাইদগী কনরবা অথোয়বা অমা য়াওই হায়নৈ। অসিদগী পুথম চাওদোল্ অদো কাওরেল্ ষণগী খুত্তুংগী ওইথংবা মখোংনে।

থাংগা চাও অসি কাওরেল্ ষণগী শকওং শক্তুমনি লোইবী চাও অসিনা লাইজ ঈপাক্ ঈয়াইদা লৈরগসু কাওরেল্ ষণগী মতৌগুম্না মকোক্ অমদি মশা মখোং অমত্তা কাইদনা মহৌশাগী খুৎশেম ওইনা অচুম্বক্ উবা ফংবিগনি, অয়েংবা মীপুম খুদিংমক্না মফম অসিদা চহি চা কয়া-কয়াগী মমাংদা থোক্‌খিবা থৌরমগী য়ারী ওইনা, "ষণ লাংগমুবী (=লাংলুবী)" অসি মকম অসিদগী হৌরকপগী য়ারী অমা মৈতৈগী অরিবা মরেক্ লাইরিক্‌তা (পুয়াদা) থেংয়ৈ।
(য়ারী মতেক্ অসিদি থাংগা চাওগোইলোলদগী থরদমক পনজবনি।)

লোক্তাক্ ঈশায় মাপল অসিগী মনুংদা লৈরিবা পাৎশিং অসি মমিং কয়ামরুম থোক্না থায়দোকুই। মথোয়গী মমিং তোংঙাল্-তোংঙাল্বা থরা থংবদা কায়রবা মফম অমদি লৈফম চপ্-চাবা মমিংবু মথং-মথং মথাদা পনজরি, চাও মচা থরগী মমিংগা লোইন্না। নোংগুম পাৎ অসিগী নোংচুপ্না থাংগা চাওলৈ। থাংগা চাও অসিগদি করাংমা কাজোল্ হায়রিবা মফম অসিদা "শরেং মীমানবগী লৈফমনে।" ঙা-শারেং অসি তাইবং মীগী শক্ওং-শকৃতা থরা মানবনি হায়নৈ। পাৎ অসিবু শরেং মীমানবনা কোনবা লমনে।

ঙাত্তেন পাৎ :— অসিগী নোংপোক্তা "ঙাক্রা কোমৌ কৌবা মফম অদুগী অরাং থংবা ওমথৈদা খোইরিদাক্ তুরেল্ অমনবা লৈরিবা মফম অদুগী অরাংদা লৈঙাং পাৎ অমুক্ লৈ। লৈঙাং পাৎকীদি কৌক্রু লাইজি পাংবদা খোংদোবী লৈ, খোংদোবী অসিগী নোংপোক্ থংবা মফম অদুদগী খোইরিদাক্ তুরেল্ মরিলনা চেন্থাখি। খোইরিদাক্কী নোংপোক্ থ'বা মফম অদুদা অরাং চীঙংখদা মুকাপ্ চীঙ্ লৈ' মুকাপ্ চীঙ্ অদুগী নোংপোক থংবা মাইকৈদা মনধা চীঙ্ লৈ। মনধা চীঙ্ অসি থোইদোকনা অচাউবা চীঙ্ নত্তে; চীঙত্তম মচা অমনি, মনধাগী নোংপোক্তা রারোয় চীঙ্ লৈ। রারোয় চীঙগী নোংপোক্তা চীঙ থী চীঙ লৈ, (=চীঙ থীঙ) লোইবী চীঙ মচা-মচা কয়মরুম অসিনা মথং মনাও নাইনা তুমপক্-তুমপক্লা লুপাগী মচুঙুম্নী ঙৌনা লংলবা লোক্তাকী লাইজ ঈপাক্ অসিগী নোংপোক থংবা চিদাই ওইনা লৈ। চীঙগী লৈপাক্ লৈঙাংতনা সনাগী মচু-গুমলে; চীঙ অদুদা হৌবা পামেল উ রাগী অশংবা মচু খিবীক্লা তুম্পক্-তুম্পক্ হৌবদি থৌদুর্নুংগী য়াইগুমলে। মহৌশাগী ওইজরবা মীওইবগী খুৎশেম নত্রবা কয়াগী মতিক্ নিংথীজরবা অমা ওইহল্লি।

মুকাপ্ চীঙ অমদি মনধা চীঙ অনি অসিগী অরাংথংবদা তোলোং পাং লৈ। হায়রিবা মফম অসিদনি "হীয়াং-হীরেল্" অমা লুপ্খি হায়বা মফম অদুবু লোক্তাকী মনুংদা তোলোংগী অরাং থংবদা পুংলক্ "খুজা ফাকচাও" (=ফাগাক্চাও)অসিগীসু

নোংচুপ্থংবা কারাও চীঙ্গীদি নোংপোক্তা পুংলক্ পাং লৈ। (মথক্তা পনজখিবা রাফম অসিগী লমদম অসিদ শেক্মাইজিন মনক্ নক্শিন্নরে.) খুমল য়াংবী অমা লাক্পনা কারাওগী নোংচুপ্ থংবদা লাইফম মকোক্ অতুগী নোংচুপ্ থংবা মফম অতুদা কোঙ্গোল্ শৌবী শৌ শৌবী অতু লৈরমই খৃঃ ১৯৪২ অসিগী মমুংদা; খৃঃ ১৯৭০ দগী হৌজিক্কী মতম অসিদদি কোঙ্গোল্ কাবী অসি হাওজেং মতোলগী মনাক্তা থরা নক্শিন্নরে। মমাংদৈদদি মফম লেংদনা লৈরমই হায়নৈ; হৌজিক্কী মতম অসিদাদি হায়নরিবা শৌ-শৌবী অসি মফম অসিদা চংশিলক্লে। লাইফম মকোক্কী থাথংবা অতুরাদা লৈরিবা খোঙ্লেন মরিল্ অতুনা থাংগা চীঙ্লক্ অচৌবা অতুদা তাইয়ে, লেনতাক্ (=লেংতাক্) হীরম লোক্তাক্ তাবা অরাং থংবা মাইকৈদগী হৌরক্লুনা লাইদাংগোং মরিলনা চীঙ্লক্ অচৌ-বদগী হৌরক্লগা লোক্তাক্কী খ্বাই-পাং হায়রিবা মরিল্ অতুনা য়ুরাল্ মতোল্ তমনা চংখি। থম্-পাং হীরমনা থাথংবা চীঙ্জিল্ অচৌবা লাইলম্ অমা চংলিবা অতুনা ভারমগী খুনজিল্ অতুগী অরাংথংবা মফম অতুবু "লৈপল্ মতোল্" কৌই। মফম অতুবু নমু তাই-বংমী চংলুরবদি লাইথুং থুংই। "লাইথুংদি পেরে তোংজবী" খোং-খুংতা তাং-তাংদা পুম্বা উনশাগী মচি-মচিদা অঙৌবা পক্পনা-চিংবা হাক্চবা, উনশা অমদি হাক্চাংগী লাইনা কয়ামরুম মফম অসিদা চংলুরবদি থুদোংখিবা থোক্ললি। মফম অসিদি কাওরেল্ ষণ ফাওবা কয়া চংনদে; যুবাল্ পনদোল ঈথিংগীদি অরাং-থংবা অতুবু য়ুরাল পনদোল কৌএ। খা-ষণধোং পাংনা মোইরাং

তুরেলগীসু নোংচুপ্ থংবদা থমংবাংত্তক্কী লাইক্তি থংবদা ঈরুমবী কাচিল তুরেল লৈ, লোক্তাক্তা তাই, মতুগী নোংপোক্তা পিনশং খোংগী থাথংবদা ওাতেল্ পনমৈ হায়রবা মফম অমা লৈ। অতুদগী "পিনশং-খোঙ্গী থাথংবদা লোক্তাক্কী ময়াইনি" মফম অতুগী অরাং চাওখৈদা য়াংগোই "খোংজিল্ লৈ।" মতুগী নোংপোক্তা কারাঙ চীওগীদি নোংচুপ্তা চীওহৌ কাচিল্ লৈ, মফম অতুগী অরাংপংবা কৌক্র লাইক্তিদা খূমল লোখা লৈ। (=খূমল্-ময়াং ইম্ফালবুনি) মতুগী নোংচুপ্তা খূমল হীরম্ অমা লৈ, মফম অতুগী নোংচুপ্তা "চক্থাবক্ খোওগী নোংপোক্ চীও-খৈদা থিংগোং লমপাক্কী অরাংদা (=থিংগোং লমজ্ঞাওসু কৌনৈ, মফম অতুবু) খূমল্ য়াংবী হায়বা মফম অতুবু লোক্তাক্কী মরুনি হায়নৈ।" (=মফম অসি কনা-কনাগুম্বা মীওই থরনা পল্লিনি, হায়নসু কৌনৈ।) ফুবাল্লাদা লৈরিবা "পাখং-খোও অসিসু লোক্তাক্কী মরুনি হায়রহে।" খূমল্ য়াংবী খোঙলেল্ মরিল অসিদি খুম্খোলেনবগী শোইফমনে। থম্পাং হায়রিবা মীং অসিবু ওাখা লৈমা মশোইমাংসু কৌই।

ঈথিং য়ুরাল্ পনদোল্ শেন্দ্রাগী নোংপোকথংবা মফম অতুবু তাক্মু পাং কৌই। তাকমু পাং অসিবু কক্য়েল্ মীওমবনা তাক্মু ঈশিং অসিবু লোইবী চীও অনিগী কারক্ অথুবা অমদা চেক্লা শরুং অমনা পন থিংরতুনা তাক্মু ঈশিং শিতোক্কে লেমলৈ ওামীং তমগে হায়রতুনা চেক্লা শরু অমনা লাইজ ঈশিংবু শিংতুনা তাক্মু পাং অসিবু লেমলৈ ওা অমতা থাক্তুনা ফাহদা চাখিবা মফম অতুবু তাক্মু অসিদনি হায়নৈ। অসিগী মতুংদা কক্য়েল

মীওম্মবগী মশা-শারুং অমাবু তাওথিংমাংনা কক্থংতুনা লৈমাইথক্তা থাদখি। শারুং অসিনা অসুম তাওথরকতুনা চৌঙ্লক্ অচিনবা অনিগী কারকতা অমুক পন্দুনা লাইজ ঈশিংবু মতম থরা থাংরগনা লৈরমই। মরম অত্তুদগী মফম অত্তুগী কোলোই মিংলেনবু ঈাথং হায়না কৌনখি। (মথক্তসু থরা পঞ্জখবে,)

# লৈঙাং পাৎ

নোংমগী কোরৌ অমদা খূমলগী যণ অথাক্পা কাওরেনগা মোইরাংগী অথাক্পা কাওবেনগা যণ অনি অসি রাইনহনখি খূমলগী যণ অথাক্পনা ওমখি, মোইরাংগী কাওরেন যণ অসি চেন্সবদা কাওরেন অনিগী মশা অমদি মকোক্ অ'ন অত্তু চীরেননা থীন-থংনবগী উনশা অমদি তোংশা অতংপা মফমদগী চারক্তগীনা মশা অপূমবা অত্তুবু ঈনা পূমঙাং ঙাংলবা কাওরেন অনিনা পাৎ অসিগী লাইজ ঈশিং ঈরাইদা চোংথরবদা লাইজ ঈশিং অপূমবা ঈতনা পূমঙাং ঙাংখিতুনা লৈপাক্ মীয়াম্না পাৎ অসিগী লাইজ ঈশিংবু অতক্পা ফংনা ঈগুম্না অমদি লৈঙাংগুম্না ঙাংলবদা পাৎ অসিবু কোলোই মিংলেনবু লৈঙাং পাৎ হায়না থোলরে কোরৌ খূমিং অত্তুদগী ওসি কাওবা পোইরৈ চাদোল্ নৌতানা লৈঙাং পাৎ হায়রগা থংনরি।

# লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্গী ঈরেপ্

লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্ অসিগী মন্নুংদা লৈরিবা "পাৎ মাপল্গী চাউরাক্পা ঈরেপ্ অমদী পাৎশিংগী মমিংগা কোন্নবা ঈপান্থা অমদি ঈকং থাদা ঈশিংগী ঈচাও চাংন্নেংদা, মখাদগী থুদমদশিং অসি উবা ফংই।"

থরাল্ ঈতামবা; লাংবল্ ঈরেপ্পা মতমদদি, চৈঙাক্ খোং-শাং অমগী ঈরেপ্নে।

(১) **অহান্বা** :— তাক্মু পাৎ অসি ল্যাংবল্ থাগী সেপ্টেম্বর তাং ১০। ৯। ৬৮ গী ঈশিং ঈচাও ঈরেপ্ লৌবা মতমদা তাক্মু পাৎ অসি ফুট ১৭ নত্রগা ১৮নি; হায়রিবা মফম থরদমক্ ফুট ১৮ অসি লুই, পাৎ অসিগী শরুক্ অয়াম্বদি ফুট ১৭ না নম্না অরুবা থেংনৈ। অথেনবা মতমনা মেঃ গী তাং ২২। ৫। ৬৯ দা ইকং থাগী ঈরেপ্ লৌবদা তাক্মু পাৎ অসি ফুট ৫ নত্রগা ৪ মরিনা নম্না থেংনৈ। ফুট ৫ লুবদি মফম য়ামদে ৪গী শরুক্তা হেল্লি।

(২) **অনিশুবা** :— লোক্তুম পাৎ, লাংবল্ থাগী ঈশিং ঈচাও ঈরেপ্ লৌবা মতমদা লোক্তুম পাৎ অসি ফুট ১৭ নত্রগা ১৮ অসি চাওরাক্না অরুবা থেংনৈ। ফুট ১৮ লুবদি মফম কয়া য়ামদে, হায়রিবা মফম অসিদি কালেন থাগী ঈকং ঈরেপ্ লৌবদা মফম মশিন্নু ফুট ৫ নত্রগা ৪ গী চাংদা থেংনজে। ফুট ৫গী শরুকতি কয়া য়ামদে। কাহেন্না ফুট ৪ না য়ামই অথেলবনা চাং হেন্না লৈ।

(৩) অহুশুবা :— খাঙ্জিতোলোং পাৎ, লাংবল্ থাগী ঈচাও ঈরেপ্ লৌবদা মফম অসি চাউরাক্লা ফুট ২০ নত্রগা ১৯ ফাওবা ঈশিংগী ঈরেপ্ লৈ। মফম অসিনা লোক্তাকী মনুংদা ফুট ২০ লুথবা শরুকনা খাইদগী লম অহেন্বা ওইনা থেংনৈ। তরা মপল্ লুবা ফুট ১৯ অসি কয়া য়াওদে। খাঙ্জিতোলোং পাৎ হান্নরিবা মফম অসিদি কালেন থাগী ঈকং ঈরেপ্ লৌবদা ফুট ৭ নত্রগা ৮ গী চাংদা ঈশিংগী ঈরেপ্ লৈবা থেংনৈ। ফুট ৭ত্তগী ফুট ৮ ফাও-বাগী শরুক্লা লম চাউনা থেংনৈ।

(৪) মরিশুবা :— চৌঙ্হৌ পাৎ লাংবল্ থাদা ঈশিংগী ঈরেপ্ লৌজবদা ফুট ১৭ নত্রগা ১৮ গী চাংদা মফম অতুগী অরুবা ঈরেপ্সু থেংনৈ। ফুট ১৭ কী শরুক্লা লম চাউবা হেল্লি। ১৮ না লম্ য়ামদে। ঈকংথাদা ফুট ৫ নত্রগা ৪ অসিগী চাংদা ঈরেপ্ থেংনৈ, ফুট ৫ গী চাংদনা অরুবা ঈরেপ্ অসি লৈ।

(৫) মঙাশুবা :— লৈহাওখোঙ্ পাৎ পোক্শংবম (=পোৎশংবম) কাচিল্, পোক্শংবম মমাং মফম অসি লাংবল্ থাগী ঈশিং ঈরেপ্ লৌবদা ফুট ১৫ নত্রগা ১৪ না অয়াম্বা মফমদা থেংনৈ, অরুবা ফুট ১৫ অসিনা মফম য়ামদে। ফুট ১৪ না হেল্লি। কালেনগী ঈকংথাদদি ফুট ৪ নত্রগা ৫ গী চাংদা ঈরেপ্ থেংনৈ। ফুট ৪ গী চাংনা হেন্না লৈবা থেংনৈ,

(৬) তরুক্শুবা :— লোক্তাক্ লময়াই, অসি লাংবল্ থাগী ঈশিং ঈচাও ঈরেপ্ চাংয়েং লৌবদা চাউরাক্লা ফুট ২০ নত্রগা ফুট ১৯ না অয়াম্বা মফমদা থেংনৈ। অতুগা খাইদগী লুবা

মফমনা ফুট ২০ অসিদি মফম কয়া য়ামদে লৌ পরি অমা মখাই মুক্ ওইগনি চাউরাক্পা অসুম্না থেংনৈ। কালেন ঈকংথাগী ঈরেপ্পা ফুট ৮ নত্রগা ৭ অসিগী চাংদা থেংনৈ। ফুট ৮ অসি য়ামদে মথক্কী লৌ পরি অমা মখাইগুম্বানি, ফুট ৭ অসিনা লম চাউবা হেল্লি। অসুম্না ঈরেপ্ লৌবদা থেংনৈজে অরু অথেলগী চাংদি।

(৭) তরেৎশুবা :— ঈরুম্বী পাৎ অসি লাংবল্ থাগী ঈশিং ঈচাউ ঈরেপ্ লৌবদা ফুট ১৫ নত্রগা ফুট ১৪ অসিগী চাংদা ঈরেপ্ অসি অয়াম্বা মফমদা লৈবা থেংনৈ। ফুট ১৫ অসিদি কয়া য়ামদে ফুট ১৪গী শরুক্পা মফম অয়াম্বা মফমদা থেংনৈ। ঈকং থাদদি ফুট ৫ নত্রগা ফুট ৪ দা অয়াম্বা মফমদা থেংনৈ, ফুট ৫ অসিদি কয়া য়ামদে ফুট ৪না লম চাওনা লৈবা হেল্লি।

(৮) নিপালশুবা :— সেন্দ্র ঈরাই কোল্ পাৎ অসিদি লাংবল্ থাগী ঈশিং ঈচাও ঈরেপ্ লৌবদা, ফুট ১৮ নত্রগা ফুট ১৯ অসিগী চাংদা ঈরেপ্ অসি অয়াম্বা মফমদা লৈবা থেংনৈ। ফুট ১৯ গী চাংদি কয়া য়ামদে ফুট ১৮ গী শরুক্পা য়ামই। কলেন ঈকংথাগী ঈরেপ্ লৌবদা ফুট ৭ নত্রগা ফুট ৬ অসিগী চাংদা ঈশিংগী ঈরেপ্ অরুবা থেংনৈ; ফুট ৬ অসিনা পাৎ অসিগী মফম অয়াম্বদা ফুট ৬ কী চাংদা লৈবা থেংনৈ। ফুট ৭ অসিদি কয়া য়ামদে।

(৯) মাপল্শুবা :— শৌ-শৌবী পাৎ লাংবল থাগী ঈশিং ঈচাও ঈরেপ্ লৌবদা শৌ-শৌবী পাৎ অসিদি ফুট ১৫ নত্রগা ফুট ১৫ অসুম্না ঈশিংগী ঈরেপ্ লৈ। ফুট ১৫ অসি

মফম খরদমক্ লুই অসিগী শরুক্ অয়াম্বদি ফ্ুট ১৪ লুবনা নমনা থেংনৈ। কালেন ঈকং থাগী মতমদা ঈরেপ্ লৌবদা ফ্ুট ৫ নত্রগা ফ্ুট ৪ নি ; ফ্ুট ৪ গী শরুক্না মফম য়ামই ফ্ুট ৫ দি কয়া য়াম্রদে। হায়রিবা মফম খরদি কংনা থেংনৈ।

লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্ অসিসু লাংবল্ থাগী মতমদা থা অহুমক্তদা পাং খুদিংমক্ ঈরেপ্ লৌজবনি; খৃঃ ১৯৬৮ গী তাং ১০ | ৯ | ৬৮ ইংদা ঈশিং ঈচাওবগী মতমনি তাং১০ ৯ | ৬৮ ইংগী অয়ুক পুং ৮ দগী ঈরেপ্ লৌবা হৌখিবনা তাং ১৭ | ৯ | ৬৮ ইংগী মুংথিল্ পুং ৫ মিনিট ৩৮ দা ঈরেপ্ লৌবা লোইজে। খৃঃ ১৯৬৯ গী ঈকং থাগী মতমদা তাং ২২ | ৫ | ৬৯ ইংদা অয়ুক পুং ৭ তাগী ঈরেপ্ লৌবা হৌখিবনা তা ২৬। ৫। ৬৯ ইংগী মুংথিল পুং ৫ মিনিট ২৫ দা ঈকং থাগী ঈরেপ্ লৌবা লোইজরে ; লোক্তাক্কী ঈরেপ্ অসি লাংবল থাগী ঈচাওগী মতমদা থা অহুগী মসুংদা অককৃনবা মতমদা ঈরেপ্ লৌজবনি। ঈকং থাদাসু থা অহুগী মসুংদা মতম অককৃনবদা ঈরেপ্ লৌজবনি হীতোংচুনা উরুমনাচিংবা মথল-মথা কয়ামরুমগী মতেংনা ঈলেপ্ লৌখি।

"লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্" হায়বা অসি মসুংগী অকুপ্পা মীংলেন কয়ামরু লৈরমলে, ইচম চমনা থিজললুবদা। লোক্তাক্ হায়রিবা অসিগী মসুংদা পাং মপলনা মমিং তোংগাল্ তোংগালনা লৈরমই মখোয় কাংলুপ্ মাপল অসিনা পুনসিন্দুনা পাং অসিবু মপুং ফাহলি অসিগী মথক্তা তুরেল মাপল অমগা অমুক চেম্বায়রুনা পুলে মরম অহুদগী লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্ হায়না, "লোইরেং চাপোননো-চনা তেংথানা লোক্তাক্ ঈশায় মাপল্ হায়না থংনরি।"

